# অহল-লমন পাওরো

# প্রমান-পান্থৈ

## অনিশুবা শরুক্কী মখা

## অহুমশুবা শরুক

অইবা ।—

শানোজম অমুবা সিংহ

মমল লুপা ৭'৫০

পোংজবী ঃ—
বীনোদিনী দেবী
শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই, ইম্ফাল

কোপী—১১০০
অহানবা খুনম ১৯৮৭ ইং।




নম্ফমঃ—এস, আই, প্রিন্টিং ৱার্কস,
শিংজমৈ সাপম লৈকাই, ইম্ফাল।



**S. Amu Singh**

অইবা ঃ— শানৌজম অমু সিংহ
শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই।

# ৱাহৌদোক

অহল-লমনশিংনা শিজিন্নরম্বা ৱাহৈ পাওবৌ, (পৌতাক) প্রমান-পান্থে অসিবু খোমজিন্দুনা পুনশিঞ্জবগী মরমদি হৌগৎলক্লিবা তুংলমচৎকী অইবা, অইবী অমসুং কনাগুম্বশিংগী থরদং সাহিত্যগী লৈচন শেম্বদা কান্নগদ্রা নিংতুনা হোৎনজবনি। ৱাহৈশিং অসি মীওইনা হিংবদা চংদবা যাদবনি। জাতি বিজাতিশিংগীসু চৎনবী লৈজবিবনি। ধর্মদা যুম্ফম ওইনবকই। মসি যাম্না মরু ওই। পুন্নমক চৎনবীগী মথা পোল্লি। যুম্বাললোন, চৎনলোন, ধর্মনিতি, রাজনিতি, অর্থনিতি, পুন্সিরোল অমদি মীওইবা সমাজদা চংদবা যাদবা ৱাহৈ ডাক্তনি। কবিগুম্বা লাইরিকশিংদা অমদি লিলা, ড্রামাদা, ডাংবা-শকপদা ৱাহৈ থরদং যাওবদা হায়বিবা অতুগী মগুণ হেনগৎলি। অহাওবা পোৎকী মহাও লৈবগুম্বনি অমসুং বস হাপ্পগুম্বনি। পাম্বীগী হার হাপ্পগুম্বনি। ডাংবা-শকপদা যাওববসু মীশিংনা তানিংই। মথৱাই পানবশিংগী লাইনা (মপুনা) থৱাই হাপ্পগুবনি। নৈনা-নৈনবগা অরুবা কান্নবা ফংগদবা ৱাহৈ কযা যাওবি। (নৈব-নৈবগা অমৃত ফংবনি)।

ৱাহৈ খবদি মথক-মথা ওন্নবা অমদি তোঙান-তোঙানবা অর্থ পুবা অমসুং বনান লানবা থবা যাওদবা নত্তে। ইথা, ডাংবগী লোইবা-থম্বা নাইদবা ইনাবখুনবা লোননি। অবান অতুই যাওরবসু অহন-নমন অমসুং মরুপ মপাংশিংনা তাকপিবকপা পুন্নমক হুবাওনা মতুং তসিদা চুমথোকচগনি। হুংগী পানগী যাওদবা নত্তে।

মীওইবা সমাজনা হিংবদা থকসি খাসি লৈরবতদা অফবা সমাজ অমা ওইবা ঙমগনি খল্লি। অসিগীদমক্তা ফুট ড্রিল কৌবা Paradeকী

লাইরিক অমা ( নহাবোনশিংগীদমক্তা ) লৈবাক্কী মফমদা লাম্হোক-চখ্রে। ভক্তিগী মমাঙদা মুক্তিনা খাঙবা ঙমদে হায়বা অহুনি। থকসি খাসি লৈররবতদা অফবা সমাজ ওই। লাইরিক অসিগী মকুওইনা হোংনবীরা সর্ব্বশ্রী S. Ibomcha Singh M. A Lecturer C. C Hr. Sec School Imphal অমস্তুং K Ibohal Singh অসিনি। পুন্নমক অসিগীদমক্তা লমন তোনশিঞ্জবে হায়না থনজৈ। ইকাইখুম্নবগী মশক ওইববা শ্রী এন খেলচন্দ্র সিংহনা শাগৈগী মরি মথোং থবা তাকপিবকপগীদমক্তা হন্না হন্না থাগৎচরি। লাইরিক অসিগী অহানবা অনিশুবা, অমস্তুং অহুমশুবা শরক্তা পুন্না লাওথিলা পাওবৌ প্রেমান পান্থে মশিং স্বব মযেক্কী মশিং ১৫৬ অমস্তুং ব্যঞ্জন মযেক্কী মশিং ১১৩১ নি পুনা ১৪৮৮ নি। মথং লাকখিনি।

হবাওনা থাগৎপীবকলিবশিং সর্ব্বশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ গবেষনাভূষন ( রিসাচ ) ঊনিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই ইম্ফাল, ডাঃ এলাংবম দীনমনি হেড ওফ দিপার্টমেণ্ট ওফ মণিপুর লেংগোইজ অমস্তুং লিটরেচর মণিপুর য়ুনিভসিটি পুন্নমক অসিগীদমক্তা তৌবিমল থঙবা উৎচরি।

অইবা

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীশানৌজম অমুবা সিংহনা ইবা "অহল-লমন পাওবৌ প্রমান-পান্থৈ অহুমশুবা শকক" পাজবে। মযেক্কী মতুংইন্না চথবনা (alphabetically arrange তৌবনা) বনাগুম্বা অমনা যেংনিং-লকপদা যাম্না লাযনা থিদোকপা ঙমগনি। লাইরিক অসিদা পাওবৌশিং অদুগী অর্থ হন্দোকপদা নত্তনা অবাযবা লোন্না মযামনা খঙনবা শন্দোকনা ইরি। হাযবিবা পাওবৌ প্রমান-পান্থৈশিং অসি মতম কুইনা তাউদুনা চীঙাঙ থৈনা মমাঙৈগী লৈবকনবা ৱাহৈ-ৱাতা কযাবু যামনা মতম চঙনা খোমজিন-তাশিন্দুনা লাইবিক ওইনা পুথোকপিবকপগীদমক শ্রীসিংহবু থাগত্তবা ঙমদে। হৌগৎলক-লিবা জাতিগী মুখী ওইবক্কদৌরবা নহারোনশিংনা ৱাহৈশিং অসি খবনা ওইববসু খঙদবা থাদবনি। লাইবিক অসি ছাত্র ছাত্রী অমদি রিসার্চ স্কোলারশিংদা যামনা কান্নগনি। শ্রীসিংহনা লাইবিক অসিগী অহানবা শরুক নমখ্রে ১৯৮৫ ইংদা। মথংদা ১৯৮৬ ইংদা অনীশুবা শকক নমদুনা মথামগী মফমদা লান্থোকখ্রে। মথং মথং অসিগুম্বা কযা পুথোকপিদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পূর্বেদা লৈচন শেন্দ্রদা মতেং ওইসনু অমসুং ঈশ্বরনা থৌজানবিবা ওইসনু।

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

গবেষনা ভুবন

তাং ২১। ৪। ৮৭ ইং

উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই।

Canchipur, Imphal, India
Pin 795 003
Gram MANVARSITY
Phone .

Department of
Manipur Language & Literature
Manipur University

# ৱাহৈ থরদং

'যাম্বা শ্রী শানৌজম অমুবা সিংহনা থরাই যাওনা খোমজীন্দুনা ইথোকপা 'অহল-লমন প্যাওবৌ গ্রমান-পান্থৈ—অহুমশুবা শরুক' পার্জরে। মি'থোলনা অতুম্মক তাকচরে, শাংশবা লীক্রম অমগী পরাউ অমনি—অহুমশুবা পরাউ। হন্দকীসিস্ত হান্নগী অনীশুম মযামদা কান্নগনি।

পরাউ অমা যৌবদা ঙাইহাক পোৎথাবা মত্তনা শাংনা নত্রগা কুইনা পোৎথানীংদনবগী থৌনা অমা অমুক্কা পীনবিনবা মহৈ লাইরেম্মদা ভক্তি কচ্চরি।

কাঞ্চিপুর,
এপ্রিল ২১, ১৯৮৭ ইং

ডা এলাংবম দীনমণি
হেড

# য়াওফম তাকপা


| হীরম | লামাই |
|---|---|
| ১। স্বর ময়েক্কী শরুক খরা | |
| অনিশুবা শরুক্কী মখা অহুমশুবা শরুক | ১—১৮ |
| ২। ব্যঞ্জন ময়েক্কী শরুক খরা | |
| অহানবা শরুক্কী মখা অনিশুবা শরুক | ১৮—৭৯ |
| ৩। শৈরেং মতেক "মণিপুর" | —৮০ |
| ৪। ৱারী মতেক | ৮১—৮২ |
| ৫। শাগৈ | |


---

তাইবং মীওইবা অমম্লুং জীবশিং অমদি অচং-চত্ত লৈবিবা পুম্নমক মপু মাগী লৈকোল ন্নুংনি। পুম্নমক হিংমিন্নবনা মপু (ঈশ্বর) মাগী খুংশেমনি। অহল-লমনগী পাওতাক্তি পুন্সিবোলনি। ৱাহৈ পরেংশিং অসিনা তুংলমচংকী ৱা মচংনি।

জ্ঞান অমম্লুং বিজ্ঞান্না মীওইববু অম্লুক্কী মতিক ন্নুংঙাইহল্লি অমদি মাংহনবা যাওবকই। ৱাথল খন্থবনা অফবা মীওইবগী হৌনবনি।

# অহল-লমনগী পাওরো, প্রমান পাষ্ট্রে

## ( অনিশুবা শরুক্কী মথা )

## অহুমশুবা শরুক

### স্বর মযেক্কী শরুক থবা

### অ

অহোঙবা পোং বনধোপ লোগনু :—এইজবে খনতুনা মমল লায়না পোং লৌরুবদগী দশা তাবা যাংথিদবা নত্তে। কবিগুম্বা পোং অহু লৈবা তাববদি মবি-মখোঙ মুন্না থিবা ফৈ। চৎনবী নিয়ম চুমহৌদ্রবদি শেনগাও শেননা কাংহৌহুনা খৎনগল্লি।

অচুম্বা রাখলনা অচুম্বা থবক তৌহল্লি :—পুক্নিং শেংনা অমস্তুং থম্মোই মক্তনা চুম্না থবক তৌববতনা অচুম্বা পুবকপা ঙমগনি। অচুম্বা রাখলনা অচুম্বা থবক তৌবদা মমৈথংদা অফবা ফল তাগল্লি।

অফবা থবক মতম চায়গনু, ফত্তবা থবক মতম যৈথোকউ :— নুমিৎ খুদিংগী পুর্নিমা এইগদবা নত্তে। কান্নগদবা লৈববদি থবক অহু থুনা তৌবা ফৈ।

অচুম্বদি শোয়দনা খঙলকই :—মীওইবগী মশাদা রাখল লৈনরিবনিনা অচুম্ন-অবান খবা মথৈ খঙবা ঙমদবা নত্তে অচুম্বগী মমাংদা অবানবনি কুইবা যাদে। (থম্মোই) পুক্নিং শেংলবদি ইফদা ফৈ। অশেংবা অচুম্বনা জয় লৈ। (অচুম্বদি শোয়দনা খঙনলকই)।

অশেংবা লন্দি জ্ঞান লৌশিংনি :— থবক খুদিংমক তৌদ্রিবৈদনা অফ-ফত্ত মূন্না রাখল তৌবা। রাখল থন্ন নিঙ-মাঙ হেংনা থবক তৌবা মী অত্তু অশিংনা জ্ঞান লৈবা অমনা মীনি। জ্ঞান লৈবা মীদি মফম খুদিং চন্নদবা লৈতে।

অবামদগী হাবামি লাকই :— লুংঙাইগোক্লা লৈথোকপদগী মমৈদা খুদোং চাদবা লাকই।

অঙাওবা মশেল নম্মা পোনবা :— মান মানবা তিনদুনা লুংছাইনবা। লৈত-লাইব, অফ-ফত্ত পুনমক কাওথোক্লুনা লৈ-থোকপা। রাবেম ঙাংদুনা শঙ্গাল শাবা। চমলোইদৌনদা হোয়া ফবা। থঙদবা মশেল অহৈ তাশিংদু শাদুনা লৈবা।

অশিবদা খোচপোক্লা কাবো — অপংবা জ্ঞান লৌশিংবনা রাৎপশিংনা থংহই উশিংতুনা ভোগীবা। লৌবি আনন্দদা ঈশিং পাথবা। উপায় লৈতবশিংদা তুহংপিবা। মপী লৈতবা মন্নাদো অথন্ননা রাইবা। অপংবদা অরানা পীবা। শানি শতুনা তুহংপা।

অমদি অনিদি চংংতি চংতো লোংথুম পেনা শজি শঙাই নম্বা ক্রুক :— জুডা জুডা চঙ তাবা যৈ। অহন-লমনশিংনা লাইবোলগী ওইনা মশিং থিবনা চংনবমই হায়নৈ।

অঙাং অমা থোকপদি নাই অমা লৈবা শিংলি :— অঙাং অমা যোকপা যান্না রাবা থবক্লি। মন্ম অদুনা থবক শুবা নোম্বা চংপনা মীমান্নবা ওমদে।

অঙাং মপাদি মমানা খঙই ঃ—মপা যাওদবা মচা লৈবা হৌনদে। অশেংবা অঙাং মপাদি মমাতনা খঙবা হৌনৈ।

অঙাং ওইবিদৈনা নহৈ তম্মু, নহা ওইবিদৈদা লন তালহৌ, তুংদা নিংঙমলোয ঃ— মতম লৈবিদৈদা থবক খুদিংমক হোংনৌ। মতমনা কনাবুস্ত ঙাইবিদে। থবক খুদিংগী তৌগদবা মতম লৈ। মতম হেন্দোকখ্রগা তৌবা থবক মপুং ফাগন্দে।

অমুক্তং খুথিখ্রবদি মতুং যাওদা থৌই ঃ—খুংবিবা যংখ্রবা মফম অতুদা কবি তৌবক্কদগে হাযবগী চিংনবা অমা যাহেল্লি। থবক অতুদা অমুক চংনিংদে। পুক্লিংদা নিংহননবা অমা লৈহল্লি। লিননা চিকখ্রবা মীনা লিনগী হু খঙই। মৈনা পোকখ্রবা অঙাংনা মৈ কি। লাম্মৈ চাকপদা যাওকবদা শজিনা নোংজাবীদা খংই।

অশেংবা শিষ্য (ছাত্র) ওইদনা তুংদা অশেংবা গুরু ওইবকপনি ঃ— মহৈ-মশিং নিংথিনা তমতুনা অমস্তুং কন্না হোৎনক্কুনা হৈবকপা মীদি মমৈদা অফবা পণ্ডিত ওই, খ্বাদগী হুংফম ওইনৈ। অখঙবা অহৈদা মহাকপু খ্বাযনা ব্যবহার তৌনৈ। (অশেংবা ছাত্র ওইবনা তুংদা অশেংবা গুরু ওইবকই)।

অরাবা শংবাই ক্লংঙাইবা লাইতং ঃ— মীওইবনী পুন্সিদি অরাবগী শকুপ্পা হেনগল্লি ক্লংঙাইবগী চাংদি যানগন্দে। পবী অমা থাদোকপা শংঙম অমা হনজিনবা।

অওনবা নূং ঈশং কাবা হৌনদে ঃ— হৈকনবা মহৈ থবক ওইনা তৌদ্রবা অমস্তুং শিজিন্নদ্রবদি বা শেল্লিকই অমস্তুং হৈবক্তে। তোদনা তৌবগা হৈবা হেনগৎলকই। শিজিন্নবা থাং থৌই।

অঙাং নচিল থিগন্নু পেনা চৈজ্রিং চাগনি ঃ— মীমাং পোমাং যেংনা ব্রা ঙাংউ নত্রবদি চিল অথুবনা নম অপাকপা যোনবগুম খোক্কনি। থকসি খাসি খঙনা চৎলু।

অমদনা অমৃত অমদনা হু ওই ৷— অফবা কযাস্থু অমদা যত্তবা ওই। যত্তবা কযাস্থু অমদা অননবা কযা ওইদবা নত্তে। শিদবা মপু মানা শেম্বদা যত্তবা লৈতে। (অমদনা অমৃত অমদনা হু ওইবা যাওদবা নত্তে)।

অযুক্কী নোংহৌ, হামেং ব্রাইনবা ৽— শাওবা থুবগী মতিক ইন্থবস্থু থুবা, কুইবা নত্তবা, মতৈ-মনাও খৎনবদা মিচং-শঙ্গন নাইনা খাম্বা যাদবগুম্বনি। নিংঙক-নিংঙবপদা খোজেংদগী হৌত্নুনা থবক তৌবা। মবা চেত্তবা অখাঙ কনবগা লোইননা থবক তৌদবা।

অশাওবদি মূর্খনি ঃ— অশিংবনা শাউগন্দ। অশিংবদি শাও-যম খোক্লবস্থু মবম অতৈদা খন্দোক্লগা শাওদনবা হোৎনৈ। মহুনা তুংদা যরকই।

অঙাংদা বৈক্রা পিগে খেম্বগুম্বনি ৽— খেমহুনা-নৌহুনা, হোৎনবা, থবক্কুদি অনাইবা নত্তবা, হানদহুনা লৈবা। ওইদবা থবক্তা থাজহনবা মনানা হৈমাং শাবা।

অমবোমদা কোক, অমবোমদা বাক, ককশাবী শাবা — নাবদা শাবা, মখৌ লৈতবদগী চিনগায-ব্রা তৌবা অমসুং অমগা অমগা তিন্নবা যাহন্দবা মীহিংগাইগী ব্রা ঙাংবা। উবাল-কৈবাল উশোক-ব্রাশোক তৌবা।

অহো যংবা মীদনা থোদোক্কুগী মওং খঙই:—থবক অতু তৌখ্রবা মীওইদনা মতুগী মবমদা মুন্না খঙবা ঙমই। (অযো যংবা মীদনা থোদোক্কুগী মওং খঙই)।

অবাংযম যাওদ্রবদি থবক মচু তাবা হৌনদে:—থবক খুদিং-মক অশিন-অবাং যাওদবা যাদে। কবিগুম্বা থবক অমা তৌবদা থবক অতুবু খঙবা অহৈবা যাওদবা যাদে। থবক অতু হৈবা অমম্বুং অঙথবা যাওনা থবক তৌববতদা থবক মচু তাই।

অযুক্তা পাল থাবগা হুংথলা। পাল যুকপা মীনি:—চনিঙ তানাথন্থনগা থবক তৌদবা। মুন্না থন্থহৌদনা থবক্না হান্না পাযখিবা। থবক অতু নিংথিনা মপুং ফাগন্দে।

তপংবা পৌতাক পীবদি লিনা শঙ্গোম পিংকপগুম্বনি:—লৌশিং-শিংনবা তাকপদা হু ওইনা থনবা। অপংবগা মান্ননা ফত্তব। অমা লৈত্রানি হাযনৈ। তপংবদি মযম খুদিং লাল ওইনৈ।

অহল লমন প্রাওলৌ, প্রমান পাম্বে, (পাওতাক) হিংনবগী কান্নবা চাক্তনি:—মীওইনা হিংবদা ব্রাহৌশিং অাস যাম্মা মক ওইবা লাইব্রাগুম্বনি। মীশিংগী জ্ঞান, বুদ্ধি, লৌশিং হাপ্পীবনি। মাংলমচংকী মীওইগী থবকশিংনা তুংলমচংকী লৌশিং তাকপনি। পাম্বীশিং ওইবগনা হাব হাপ্পীবগুম্বনি। জীবশিংগী ঈশ্বরনা থব্রাই হাপ্পীবগুম্বনি। ব্রাহৈগী পাকা-শন্না নৈনবা যাবা অমম্বুং নৈবা-নৈবা অমৃত ফংবগুম্বনি। ইপা ইপুনা থম্বীবম্বা ললনি। শিদ-হিদাক মোন-থাংনবগুম্বনি। অহল মথিনা চথু মেল্লি। অব-মৃতু

চক্তনবা, হিংবদা চংদবা যাদবা জ্ঞান লৌশিং ঙাক্তা থম্বীবম্বনি। থঙদবা মীবু খঙনবা তাকপনি। মী থুদিংনা খঙবদা কান্নগনি। যুম্বাল্লোন, চংনবোন, ধর্ম্মনিতি, রাজনিতি, অর্থনিতি, থকসি-খাসি অমদি শঙ্গীত-কলা মীওইবা সমাজদা চংদবা যাদবা ঙাক্তনি। মতম মতমগী যাওনগী মতুং-ইন্না লৈ-চন্নবা রা-মচং ওইনা থম্বীরম্বনি। মীওইবদি চংখিনি মীওইবদি লাক্কনি। মতাংগী মতুং ইন্না মতম অমম্তুং মফমগী পোইরৈ যেংনা রাকৈগী লৈচন শেম্বা ঐফ। রাকৈশিং অসিবু কাউদন, পুন্সি খোঙচংতা চংলবা মতমদা ন্নুংঙাই যাইবী মরাং কাইনা, যাইফনা পানবা অমম্তুং হবাহে তযাম্না লৈবা ওইগনি থল্লি। পাওবৌদি চুমজুনা লৈববা রাফম ঙাক্তনি। প্রমান পাম্থৈদি মফম অমস্তুং মতমগী তাঙ্গা যেংজুনা শিজিন্নবা রাকৈ ঙাক্তনি মযেক্তা হাযবগী মহুত্তা অনুমান-প্রমান হায়নবা রানিন্দ মা লমচংকী অহল-লমন্না তুংলমচংকী থাবম্বা কৈবাক্লি। খঙজিনবদা কান্নগনি। তুংগী লম্বী ফববদি স্বর্গ খুংনা লাম্বা যংবগা মান্নে হায়দনৈ। হায-বমলিবা রাকৈ কযা পুনিং-পুনিংবা মাযকৈকদা অর্থ পুবা যাবা কযা যাওদবা নত্তে। (অহল-লমন পাওবৌ, পাওতাক, প্রমান পাম্থৈ হিংনবগী কান্নবা ঙাক্তনি)।

অঙাংশিংবু কাও থাবগুম থাগন্তু — অপিকপা অঙাংশিংবু যজনা লোইশিন-খমজিন্নুনা থম্বা ঐফ। রাবক রাতেমন্দুনা মহৈ মশিং তম্বীগনি। অঙাংগা অঙাওবগা মান্নে। ফববদি ঐফ যক্রবদি ছুই ঙাওনা ছুইবু থি মন ঙাওনা যনবু থি। মচা মগু যক্তবদগী মপা মমা অহন-লমন মীমাং যম্বা যাদবা নত্তে।

অমস্ববু ইকাইযু, অহল ওইবক্রে, পুন্সি শাংগনি ঃ— ইন্দ্রি যবা, কাম ফবা, দিহে নুংঙাই, পুন্সি শাংগল্লি। শক-চু থোন্না লৈনৈ। ইন্দ্রি যবদি লাযনা তিন্না চংদে। পুন্নমক পুন্নিংগী মখা পোনবা ঙাক্তনি। হকচাংগী লৈনম লৈজবিদৈ পুন্সি শাংবা যাই হাযনৈ।

অঙাংদা মীৎকুপ নাহুম শেন্নৌ ঃ— অঙাংদি কনিগুম্না অফ-যত্ত অমতা খঙদ্রি নিংথিনা শেন্বীহৌদ্রবদি মমৈদা শোযবা যাওখিদবা নত্তে। ব্রাখল যাওদ্রিবা মীনি। অঙাংবু যান্না চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা থম্বা ফৈ। অঙাংদি জাতিগী যুম্বীবেলনি।

অমা চংপা অপুম্বা, অনি চংপা অশিবা, অহুম চংপা অহিংবা ঃ— চং, শি, চংদা লংফৈ চংপা ফৈ। লংফৈ চংপা মতমদা মরুপ মপাং লোইনবনা খ্বাইদগী ফৈ। অনি তিন্নে মরুপনি অহুম যম্নে সঙানি। অদু-যত্ত থংক মুন্না খন্নবগা নীং-মাং ঙেংনা তৌবা ফৈ।

অতুবনা নাবা, অউবনা নোন্নিংবা ঃ— থবক খুদিংমক শোযদনবা হোংনবা ফৈ। শোযবু শোযববদি মাগীদমক্তি যাংজববনি। মীনস্ন শীংথানদ্রবনি। থবক পাঙথোকপদা অবাযবা লৈত্তে। নীং-মাং, নাক-যেৎ যেংনা থবক শোযদনবা তৌবা ফৈ।

অঙাংদি জাতিগী লননি ঃ— ঙসিগী অঙাংশিং হযেংগী নহা-রোল, জাতিগী যুম্বী ওইবক্কনি। নহারোলনা ফবগা লৈবাক্কী যাইফবা ওইগদবনি। পুকচেল থোযজেল তিন্ননা লৈবরভদা অফবা ওইগনি। উনৌনা উম্বিবু পুল্লি ( অঙাংদি জাতিগী লননি )।

অশিংবনা কৈরাক লৌবা, অপংবনা সনা মতুম লৌবা তাহ্রনা তোক্কনি ঃ— চানিংমল্লবস্থু লেক্কুনা তোকই। মীপোং পাম্বা কান্নদে, অবেম্বদা মাংহ্রনা তোকই। হৈমন-শিংমল্লবস্থু পশিং-থোকই। মীংইবদি মশা-মশাগী লৌশিং জ্ঞান লৈজে। অশিংবগীস্থু শিংনা, অপংবগীস্থু পংনা লাইনা তম্বা অমা লাকই। মপুনা থাবকপনি হিংমিন্নগনি, চংখিবস্থু মান্নগনি। নোংদম্বা মপু মাগী নোংদমখোননি। ইনাক-খুনবা মউ লিংদে, লাইববা মপাল থাদে। মীওইবগী লাইবক তম্বা ওমদে। ঈশ্বরন তম্বা অমা লাকই।

রানী মতেক ঃ— থাইনা মমাংদৈগী অশিংবা অমগা অপংবা অমগা মকপ শান্নবমই। অশিংবনা অপংবগী মুপী মশক মতৌ যজবা অহ্রু পাম্মমই। অশিংবনা হায, ইতাও ঐখোয় অনি চাককৌনসি। চাক হেক চাবা তোকপগা পোং অমমম পাহনসি ইমুং ইমুংদগী মাহ্রু লৌনসি। যবে হাংহ্রনা হানবে। ইনাক খুনবা অশিংবা অহ্রনা লাইববা মুপা অহ্রবু হান্না চাক কৌবে। চাক হেক চাবা তোকপগা মহাক্না পাখনবা সনা মতুম অমা পুথোক্কুনা ওমলে। লাইববনা সনা মতুম অহ্রু পাযহ্রনা মযুমদা পুংকলে। মগংদা অপংবা লাইববা মুপা অহ্রনা ইনাক খুনবা অশিংবা মুপা অহ্রবু চাক কৌবে। অপংবগী মুপীনা চাক যেনশাং থোংবা লোইকহ্রনা মংেল-লুকোয় শেম শাহ্রনা মখোয অনিনা চানবা থনম্লে অহ্রগা কৈবাক অমা থাবগা ফমথক শাগাই মথক্কা কাখংখ্রে। ইনাক-খুনবা মুপানা চাক চাবা লোইরগা কোহেং যেংলকই মমৈদা মুপী অহ্রু শাগাযদা লৈরে হাযবা খওলহ্রনা কৈরাক পাযরগা

কাখৎকে তৌবদগী অপংবনা হাযবকই "ইতাওদি কৈনাক পবনেনা" ইকাই-খাংদগী কৈবাক অদু পুদুনা ইনাক খুনবা নুপাদু মযুম চংখি হাযনৈ। ছুই চানি হবাওবা ছুইগং তংতুনা চংখ্রে। ইপোৎ ছুন্দোব্রগা মীপোৎ পামলবদি অমাংবা ওই। অপংবা ওইরম্বা নুপা অদু লনবু লৈবদি মমৈদা ইনাক খুনবা হৌনা খঙবা মী অমা ওইদুনা নুংঙাই যাইবী মবাক কাহনা পানখি।

অথোয নাপল কাদুনা অদিং অবাং তাগন্তু লৈবাক্কী অমম্ভং সমাজগী সেবা তৌগে হায়বর্দি — ঐ মঙাংবব হায়দুনা চাওং লৈকন্থ মমৈদা নহাক্কী মী ব্রাংলক্কনি। মীযামগী থবাক্ত লাই তোংবনি। মীনা পেল্লবদি লাইনা পেনবী হায়নবিবনি। মীব নুংশিবা অমম্ভং মখা তা। জীবশিংবু লুনা তৌনা অসিনা মীওইবগী ধর্মনি। যাওদবা লঙ্কা বাবন নিংথৌনা নাপলগা লোইননা সীতা হুবদগী লৈখা তাখি অমম্ভং মবো-মবাং তাকখি।

অপিকপা ককচেং মমাল্লা লিংজেল মান্নবদগী অচৌবা তিনথোক পুদুনা চংলি:— অপুনবনা পাঙ্গলনি। মমাম পুল্লবদা ঙমদবা লৈতা ( ঙম্বা থাবা থবক ওইববদি ) পুকচেল খোযাজেস তিন্নবা লৈবা অমম্ভং থকসি-খাসি খঙনা থবক তৌবা নৈ। (অপুনবনা পাঙ্গলনি)।

অরা-নুংঙায পুন্নমক মাযপুননা শবক যামিন্নবিবা অদুবু অশেংবা মকপ কৌই:— মকপ মপাং যাম্না লুনা তিন্নবা অমম্ভং নুংশিননা লৈমিন্নবা, অরাবা তাববদা মনংগা হোংনবদা মতেং পাংনবিবা অদুবু অশেংবা মকপ কৌই। নুপা নুপী অমদি মচা মশু

পোকুনা লৈমি ববা চাকত্রিন্নবিবা অমসুং যুমদিন্নরিবা অসিবুস্থ অশেংবা মরুপ বৌই হায়নবিরনি।

অফবা নুপী লৌবনি শিদ-হিদাক মোনথাংনবগুম্বনি ঃ— লিবি-খোযরিবা নুপী, ইমুং অতু নুপীচুনা মরু ওইনা হোৎনবা অমসুং খোক-থাকপগী থবক তৌগা। অথবা নুপীগা যুম্বানমিন্নববদি অনৌবা অফবা পুন্সি ফংই হায়নৈ।

## ই

ইমাগীদি নিংথৌ, নিংথৌগীদি শজিক লোয ঃ— নিংথৌ অমসুং অচৌ-অশাংগী মমদা কবিস্থু লৈতবা মীচম অমা ওইবা মীচু, মমা মপাগী মথমদগী মচাশিংসি নিংথৌবেলদগীস্থু হেল্লি। মমাগী মিত্তি মচা গী হেন্না নুংশিবা লৈতে।

ইকাই খাঙদগী কংকোকপা ঃ— ইকাইনা মায থমফম খঙদবা, মীওইবগী ইজং হায়বা অসি যাম্না মরু ওই। ইকাইবদগী শিবা ফাওবা যাওথি বা নত্তে। ইকাইবদগী লুথমদা হাক্কজনগা কমলাক্না খোংলি হায়নবিরনি। নুংশি থৌবিবুদি ইকায থাংনা থৌই।

ইযানা ইচা নুপী পুথোক হায়বগী ব্রাকৎপা তাহুনা তোক্কনি ঃ— ব্রাহং পাওহংদবা, মীনা হায়বদা থাজগনবা মরি-মখোঙ মুন্না থিদবা। পাঙবদগী ব্রাজবা। মীগী থোক্তা চৎপা।

ইকাই খাঙদগী শিবিবা মীশিং অসিদি খ্বাযদগী অপংবা জীবনি ঃ— আত্মা-ঘাট তৌত্নুনা শিবিবা জীবশিং অসি লাইবম

লেনদস্থ তিন্দবা, স্বর্গদস্থ কাদবা, কোই-পাই পাইদুনা ভুট-প্রেট ওন্দুনা লৈ হায়নৈ। জীব ওইবিভৈদা কুইনা পুন্সিবা অহুবু পুইনা চেনবা লাইবক যবনি হায়নৈ।

ইমুং পুবিবা যুম্বুবেল অসিনা শোল্লবদা ইমুংদুগী খুদোং চাদে ঃ— ইমুংদুগী অহল ওইবা মহাক্না শু-নোম্নগা থাকপা ইমুং ওইবা। ইমুংদুগী মচা মুপা অমস্মুং মুপী অচৌবা যাওহৌদবা ইমুং অমা ওইবা।

ইশৌ লাংবা, ইমুং মহি লাংই ঃ— চগৎ-চগৎ ভাংবা শৌ-শৌ লাওবা, অশাংবগী ফিভমদতা ব্রা ভাংবা, অমগা অমগা পুক্নিং লৈতানা ব্রাবা ব্রাভাব শান্নদবা ইমুং অদু নে-না তানা ইংনা পামবা ভমদে।

ইযাম্না মনিং ইনখৎলু, ইনাওগী লুশম লাকুনা চিংখৎলু ঃ— ময়াম্না অহল যববদি মখাগা লৈবা মচিন-মনাওশিং ফগল্লি অমস্মুং মধা না মনাওশিং অদুবু শেন্বী। মধাম্বনা মপা-মমা শকুনা মখাদা লৈবশিং অমদি মচিন-মনাওশিংবু শেন্বী-শাবীগল্লি। অদুনা মনাও অমস্মুং মচন ওইবশিংনা বোকইন-লাইহনবু হান্না ফনবা হোৎনবদা মতেং পাংফম থোকই।

ইমা কৌবা নংদবা পোৎনি ঃ— যাম্না থুবা হিংলাক-হিংজিল তৌখিবা। মমুং তানা শেগা-মাইগা খন্নবা নংহৌদবা। থাংতপ্পা থৎপা।

ইশৈ লাওবগী খোন্দাদি হঙোই বোবোবীনা খোংবগা মান্নে ঃ— মশা অমস্মুং মাগী শক্তিগদি চান্নদবা মীগী অফবা উবগা পামজহনা

কল্পগা ফমেল ফমই। হঞ্জিন হঞ্জিন তৌববা থবক হৈতবা অমস্তুং খণ্ডদবা লৈতে।

ঈশিং শাযন্থনা যোংপা মীনি ঃ— কা হেন্না কেথোক-মৌ-থোক্লা লৈবা মী। যাম্না কা হেন্না চেক্শিনবা। মফম মতম চাদবা কুম্না।

ঈশিং মচানি হাযত্থনা হাবীবে ঃ— পুক্সিংনবু যাত্থনা ঈশিংদা লৈবা জীব চাবা যাবা পোং চাত্থনা হকচাং ফনবা চাবদা কাযদে। পুক্সিংগী মখা পোনবনি। হকচাংগী মচি ওইবা চিঙ্গাক চাবা ফৈ।

ঈশিং ঈচাওরবদি ইনাং চাম্বা নোং তাবা হৌনশনি ঃ— প্রকৃতিবু থুগাযবা রানা থোক্কনি। খোঙ হাম্বদা হক্কী ঈশিং যাওগল্লি। প্রকৃতিগী অতাবী লৈজে।

ঈমু-মাইমু তানবা ঃ— রাথোক লানথোক, ফুনা-চৈনবা থোক্তুনা ঈ-নাই তানবা।

ঈশিংগী ইচেলগা মীওইবগী পুন্সিগা মান্নে ঃ— চেন্থখিবা ঈশিংগী ইচেল অমুক হঙ্গংলক্তবগুম মীওইবগীস্তু হৌখ্রবা পুন্সি অমুক হল্লক্তে।

ঈশিং লৈবা পুখ্রিদা ঙা থাদোকপদি হিংই, শঙ্গোম অনৌবনা থনবা পুখ্রিদা ঙা থাদোকপদি হিংদে ঃ— মাগী মাগী চানবা অমস্তুং পক্ষবা মফমদা লৈগদবনি। ফনা ফবা পোৎ ওইরবস্তু অমদনা হু ওই, অমদনা অমৃত ওই।

ঈশিংনা খিনবা চন্দোন্না থুনা মুংপা অত্থুগুম্বা মীনম্বা, মীহু চাবা মীস্থু মুংকল্লি :— মীনম্না থবক কুইবা যাদে। মৈবু ফিনা কুপত্থুনা থম্বা যাদবগুম্বনি। মীগী যত্তনবা তৌবা মীদি কুইবা যাগনদে। মীওইবগী পুন্সি খঙবা ঙমদে, ঙসিনা মীনমত্থুনা নিংথৌ ওইবা হযেংনা চাকনিবা ওইখিবা য়াওদবা নত্তে।

## উ

উৎতা তুবগা, ব্লাইদা হৌগৎপা :— হৌবকফম কযা ফৎলঙ্গবা নিংবা মপা ইথুং থুংদবা। যান্না লাইব-চুদৎনবা হৌরকপা অমস্নুং যুম্বাল-কৈবাল খুদোং ইচা-চাদবা। লাইববম্বদগী নিং-নিং খবা-খবা পানখৎলকপা।

উপায় লৈতে গাডী ব্লালা :— থবক যনা শুনিংত্থুনস্থু খুংগু খুংলাই ফত্রবদি থবক অত্থু নিংথিনা তৌবা যাদে অমস্নুং খোয়-লিন প্রোক-প্রোক চাক্তুনা লৈ। থবকশিং পুম্নমক খুংলাইগী মপাল তাংবা ঙাক্তনি। পাইজনা ফনা থৌত্থুনস্থু থেঙ্গু যাওত্রবদি। থবক যাদে।

উপুমদা ঈশিং চঙবা :— দশা তাত্থুনা লৈববা অমস্নুং ফত্রে খঙত্থুনা লৈরবা অত্থুদা হেন্না যত্তনবা তৌবা। থোনম্বী থোনম্বা ওইবা।

উজাব মেলা শাবা :— পুংচায চাইথোকপা, থুগায়বা। মখল মথেলগী তিনশিন্নবা য়াদবা পোৎশিং তোৎশিন-য়ানশিনবা।

উন্দগী তারমুক পঞ্চশে্র:— লোশিং জ্ঞান অমতা থোক্কবা। কুম্বংনাহুনা লৈবা। পংথত্নুনা লৈবা।

উরি-রাওক্লিবা চকুথোক থোঙ্খাল লিবা:— রাকচিদা লোংকা হেন্না চুবদগী ইংমনহুনা হমু-হানা, অশোন-অনা থনা হেন্না শোকপা। অবিবা উনা-রানা কেনবা, অনৌবা যেঙ্গিং হল্লকপা।

উংথৎনহুনা থাংলোনদা রা ঙাংনবে ভাব তানবরোই:— শাওগৎনরগা রারী শাবা। মপুক্তা মলোম থম্নগা রা ঙাংনবা। চিনবন্দা লাংবল থোঙ্কি পুকনুংদা হু ফুম্বা। রা ঙাংনবদা রাবেপ তাবা ঙম্মোই।

উচিনা হৌদোং অশিংবগী মনাক্তা লৈতে:— তৌবা ঙম্বা, শক্তি লৈবগী মনাক্তা চঙবা কিনৈ। মপুক ফত্তবগী মনাক্তা কনাম্ব লৈবা পামদে। অচৌবগী মমাং শমগনু, শগোল মতুং লেপকনু। হৌদোং লৈববদি উচি মথে লাংবা ঙমদে।

উবু উথিদ্রবদি হেক্রা মকাউবে:— মীওইনা পোক্লবদা কাউদবা লৈতে। কবিগুম্বা অমা মতম অমদা যাম্না মক ওইবম্বা পোং অত্থু মতম কুইনা উথিদ্রবদি হেক্তা কাউশিল্লকই। তোয়না দবকাব ওইদবা পোংতি হেক্রা মকাউরকপা যাওদবা নত্তে।

## উ

উচুক অমুবদা ক্কে তৈবা:— মান্ন-মান্নবদা তিশিল্লবদি মান্নে। কান্নদবদা চাদিং তৌবনি।

উবাগা হুমদাংগা, কাঞ্চিগা পালেনগা, ভাগা ঈশিংগা :— থাদোকনবা লৈতনা তিন্নবা যাম্না মুংশিনা, লুনা-চান্ননা লৈমিন্নবা। অমা হেক ৱাংপা যাদবা। অমনা অমগী মতেং পাং হিংমিন্নবা।

## এ

একাদসি খোযদোদা মাঙ্গং খিৎবা :— চাক যাম্না লামশিন-লকপা তৌফম থৎনবা। চিঞ্জাক্কীদমক শিবা যাওবা যাওখিদবা নত্তে। হিংনবগী মক্তা চাবিদনি, চানবগী হিংবা নত্তে। চবা হেন্নবা অমস্মুং পুক লাম্নবদা থবক নিংথিনা তৌবা যাদে। অহিংবা হাৎবসি চাবগা হিংবা ঙাক্তনি। হিংনবগীদমক্তা চাদবা যাদে। ঈশ্বরনা (মপুনা) তম্বা মীওইবগী চিঞ্জাবশিংনি। পুক লাম্নবদা ধর্ম্ম তানবা যাদে।

## ঐ

ঐদদি শোকপিদবা হাৎবা :— জগৎ সংসারদা জীব পানবা ওইনা পোক্নবদা শিনিংবা জীব যাওগান্দে। থাৎনগী ৱাবীনি, অনাবা অচৌবা লাকপদা ঐখোয়না ইমুংদদি মমৈদা ঐদদি হাযবা লাকখি হাযনৈ। মীওইবা অমস্মুং জীবশিংগীদি ঐগী হাযবা অসি হেক্তা থাদোকপা ঙমগন্দে। ঐগী ঐগীনা মকল্লি। ঐ যরবদি ইফদা যরে। পুম্নমক অসি ঈশ্বরগী থুংশেল্লি।

## ও

ওজা নাইদবা থবক ৱাযোং থোক্তে :— তমদনা উদনা খঙবা তাংনা থোকই, তম্নগা তাবগা, উৎগা খঙবা ঙাক্তনি। ওজা

নাইদবা যাদে। অখঙবনা ওজানি। উদবা তাক্রবদি হৈবা খঙবা ঙমদে। (ওজা নাইদবা থবক রাযোং থোক্কে) রাবী মতেক:— নুপা অমনা তা হুনগৎলগা মযানা ৎকপা ঙমখি হাযনৈ। মহাক্কী ওজাদি ঙাবকপিনা ৎইবমই। নিংথৌনা মহাক্কী ৎজা কাননো হংবদা মহাক্না হাযদোকখিদ্রে ওজা লৈজদে খুমখি হাযনৈ। মমৈদা অমুক হুনগৎহুনা ওকপা ওজা তাক্রবদগী তানা খাযহুনা শিখি হাযনৈ। ওজা গুরুবু লুনা খল্লু।

ওইনা কেবা মীনি:— ফিজেৎ-লৈতেং তৌববপদা পকচবা রাৎপা অমা। থবক তৌথোববপদা নশি-গুন ইযাও-যাদবা পকচাবা। (ওইনা কেবা মীনি)।

ওকা থি চাবহু নঙাযবে:— চাক-চা-যু-থক যজদবা। মচিল মখা ইতৈ তৈবা। তক তনাল তৌদবা। চানিবা পোৎতু শেংনা তনাল তনাল তৌদবদগী হংগোযবা পোকপা।

ঔ

ঔবাইবনা ছঞ্জ তাদবা যজবা হৌনদে:— ইশৈ তন্বা অমসুং লাইরিক ঔবাইবা মতমদা ছঞ্জ তাদ্রবদি যজদে। খুদিংমক সা-বে-গ-মা পা যাওদবা যাদে।

ক

কাক ফৌ চাদবনা যৌ চাববদি মখয়াৎ শেগাযহুনা শিবনি:— মথৌ নত্তনা মথৌ শাববদি চোপ্পা নত্রগা শিবা ফাওবা যাওদবা নত্তে। মনাৎ নত্তনা শঙ্গোম চাববদি য়েমৌনহুনা শি।

কৈখা নোংলবা মীদি চৈ থাব-থাবগা মতিং উৎলকই ঃ—মবিল লৈবা মীদি লম্বী খুবগা থৌনা ফবা হেনগৎলকই। ৎকতা তা থাকবগুম্বনি। শাগুবদগী মকন্থি ফুক্লকই। ব্যবহাব লৈবা থকসি-খাসি খঙনা চৎপা মীদি মবিল লৈগল্লি।

কোলোম শেমদনবু, মক লৈতনবু মউ লিংবা যাদে ঃ—মাগী মাগী জাতি হৌবকযম লৈতবা যাদে। পুম্নমক মাগী মাগী হৌবকযম লৈতবা যাদে। (কোলোম শেমদনবু মক লৈতনবু মউ লিংবা যাদে)।

কাযেল খুজিল মবক্তা মণিমুক্তা লংশিনবা ঃ—অযবা পোং যাম্না কান্নগদবা অত্থবু যত্তবা মবক্তা লংশিনখ্রবদি অমুক লোৎথোক্লবা নংনবা হোৎনবদা খবদি ব্রাত্থনা তোক্কল্লি। তান-চাদ্রবদি যত্তবা মযাম অত্থগী মবক্তা তিনবা যাওখিদবা নত্তে। অফবা কযাম্ভু ফত্তবা সঙ্গ তৌকবদা যত্তবা ওইখি।

কাং খোনঞ্জেন-মুক্তা চাওখ্রে, মঙক্লা লংহিত্থ মঙাযবে ঃ—যাম্না শাথিনা মশা শোক্লবা অমস্থুং মযাং কংলবা অমা।

কোক-কাযবগা থৌ-তৌবগা যগদবা নত্তে ঃ—মওং মওংগী মতুং ইন্না থবক তৌবা ফৈ। থবক্কী মতুং ইন্না অতাবী তৌবনা খ্বাইদগী অচুম্বা নিযম ওইগনি। নিযম চুম্না লাযেংবা যৈ অন্ধবিশ্বসপু থাজমল্লবম্থু অকাববা ওইবা যাওদবা নত্তে। মবি লৈনবা অখঙ অহৈবু যেংহনবা ফৈ।

কনথা-বনলেংনবা মীদি মীনা মুংশিদে ঃ— মঙাক কনবা, চাও-থোকপা মীদি মকপ-মপাং সঙ্গ-পঙ্গ থরা মরাংলি। ঙক-চাও থেকপা নাপল তৌবদি মমৈদা ওইজবা শিংলি।

কৈনিংচিং লাকপা ঃ— মপুক যত্তবা বাংবুনা মলোম তৌহনা থৌদোক অতুগী মরমদা লমন থুম্নবা হোংনবা।

কলিদা শক ফজবা পাপনি ঃ— শক যজবা হাযবা অসি খ্বাইনা কল্লকৈ। শক ফজবদি মপোক অসিমগী তানবা ঘংলবোই।

ক্বাকলাল লাকপগা চপ মান্নখ্রে ঃ— হান্না লৈবম্মিবা মযামগা তিম্নবা যাদবা। মহাক অতুবু খ্বায়না তিম্ননিংবা মতোমতা নাইতোম তাবা তিঙ্গম-লাইগম ওইবা। উশোক-ব্রাশোক তৌবা মযাম অতুগা পুনবা যাদবা।

কোক্তা খুং হাপ্পবে, হা-হা-কার লাংনবে ঃ— মযাম মান্ননা ব্রামিন্নবা। লৈতবগী ব্রাখলদা যাম্না ব্রাবা তৌনিংঙাই খঙদ্রবা কুম্বংনববা, শুফম-নোমস্ফ-চংফম খঙদবা, মী। পুম্নমক অব্রাবগী ফিভমদা লৈনবা। (কোক্তা খুং হাপ্পবে হা-হা-কাব লাওনবে)।

কৈথেল কাবগা পোং মমল তিক্লবা হৈতহ্ননা সনাগী মমল পীরগা লিক্লি মচেং পুহনা লাকপা মীনি ঃ— মপাল থোক্তনা সঙ্গ-পঙ্গ কযা তৌকদবা সমাজগী চংনবী খঙবা থবা ব্রাংপা। মী অপঙবা লাল ওইনৈ, উ অকংবা শিং ওইনৈ। কৈথেল মচি কাবা হৌনদে।

কোঙ্গোল নিংথৌ ঃ—কুইনা লৈবাক শাসন তৌহ্না পান্দবা অমস্তুং মতম থরদং লৈবাক ন্নাযেন থৌদা তৌবম্বা। থুনমক অঙম্বনা শক্তি পুন্নমক লৌথোকখিবা।

কাংখুলদা মপাল শাবা ঃ— মন্নুং মতম চাদবা থবক্কী মহযদি মওং-মরিন চুম্নদনা, মপুং ফাদনা ফল তাবা।

কলম্নবু মচিন অনি লোংবনি, মীদি লোংবা হৌনদে ঃ— মীদি লৈতোম্দা শক পান্দবগী ঙাংনিং-ঙাংনিংবা ঙাংবা যাই। ন্নাখল খন্না ঙাংহৌদ্রবদি মমৈদা ইকাইবা নংবা যাওদবা নত্তে। পুক্লিংদা অবেপ্পা অমা লৈত্রবদি চোপ্পা নংবা মীমাং ফম্বা থোকল্লি। পুক্লিংগী অবেপ্পা অমা থম্বা ফৈ।

কে-কে্-কেক মো-মো যাংগেন শাবা শ্যাও শ্যাও (তোকপগা কাবগা কৈগা যেনগা) ঃ— মৈতৈ লাই হবাওবগী শৈথানি। ইপানাৎ ইপুনাংকী ন্নানি।

কীর্ত্তন মপু ন্না খোঙা লোৎপা ঃ— যাম্না চাওনা পঞ্জাওদগী হোৎনবা, মমৈদা পুবা ঙমদহ্না কোযচেল চেন্দুনা অন্নাবা কোকথোং পুদনবা হোৎনবা অমস্তুং তৌবুনা নাথৈদা।

কোকচাবী কিনথ্রবনি চিল-নমউ ঃ— মতম অমদা কোকত্তদা কাপ্তুনা কযা শিবা যাওখিদবা নত্তে। মণিপুর সনা লৈবাক অসি কিনথ্রে। মীবু মীনা কিনথ্রে।

কৈ অত্তিংবদা উচি চঙবা ঃ— থোকইবা থবক অত্তুগী অশিল অন্নাং তৌবিবা ন্নাৎপা। চানিংবমথৈ চাখিবা পুনিংবা খন্না মথৈ

পুনখিবা, হায়বীনবা থবা ন্নাংপা। তুংগী পোৎ লৈহৌদবা মপু পান্দবগুম তৌবা থবক।

কৈথেল মচি কাগন্নু ঃ— কৈথেল কাববদি শিনথুংনা চৎতুনা অহোং-অচাও পাও থঙদোকপা ফৈ। মচি-মযাদা থবক তৌবা থবক মপুং ফাবা হৌনদে।

কীর্ত্তনদগী হৌরগা পোবোক্তা লোইবা ঃ— হৌবদা যান্না চাওনা হাজাও লাংবা। মমৈদা উপায় লৈবক্তুনা তোকপা। বোন্না হৌরগা পোকলাওবীনা লোইশিনবা।

কুফা চংতুনা লৈবা ঃ— বুদ্ধি লৌশিং ইথোক থোক্লবা ফুপ্পংনতুনা লৈবা।

কং তান্থোকপহ্ন মঙাইরে ঃ— হন্না হন্না তৌগন্নু হাযরবমক্তদা অনন কন্দুনা মথম অতুদা চংতুনা থবক তৌবা। ( ইকাই খঙদবা )

কৈনা তোকপা পোকপবা ? — মচা-মশুশিং অসি মপা মনাগী মওং অমসুং লমচৎ-শাজং ইনগল্লি। ( ইজুকেসন ডাইরেক্তোরেট মণিপুরনা লৌবা ক্লাস IX গী পবিক্ষাদা হংখিবা ১৯৮৬ ইং )।

কল্লক মাংদা চাং তাবা, ইকাই মাংদা হোবৎপা ঃ— অমগা অমগা ক্রক-ক্রক যেংনতুনা থবক অমা ঙম্নবা হোংনবকপা অতুবু মমৈদা থবক অতু শোইবদগী ইকাইবা নংবা।

কেশে ফালাং যান ঃ— হাযনিংমখৈ হাযজৌ, তৌগদৌবা ঐনা তৌদ্রগা লোযবে। মত-মান্নদতুনা তিন্নবা যাদবা। অমনা হাযবা ন্না অমনা অতুগী ওন্ন-তৈনবদা তৌবা। উশিৎনবদা।

ককচেং কোকচাওবীগা চপ মায়খ্রে:— কবিগুম্বা থবক অমগীদমক্তা লম্বীদা লাকপদা উন উনবা ওনশিন্নদুনা ব্রাবী শাদুনা লৈথোকপা অমম্তুং মতম মাংহনবা।

থ

থুজিল মমাইমুক্তা পাকপা লমনি:— যান্না পিকপা লম। জগা অদুদা করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা লম অদু মবাং কাইদ্রবা ওইবা।

থেংকে হাযববদি মুং শু থেংলি:— তিন-থেং-লাইথেংপা মবম চাদনা কয়ংযেং যেংকনবা।

থকুং মযম চাদবগা চপ মায়খ্রে:— মফম অমগ অমুক থাংলোক মযম অমদা অমুক থাংজিন তৌবা। তংতানা মফম অমদা লৈতবা। (থকুং মযম চাদবা)।

থুংসি-থুংনাম্বোক্তগী হিংহৌরিবনি:— লাইবক লৈদুনা নানথোকহৌবা অমম্তুং হিংহৌবা।

থুন্নুং কোক্কাযনি:— অবিদা লোনচং-শাজং অমম্তুং ইপানাং ইপুনাং পুনি।

থুনফম পালা, কৃষ্ণ শাবগী মপা হাযনবিবনি:— হৈবম হৈযাংতনা তৌদবা যাদদুনা থবক্তু তৌবা। উ লৈতবা লমদা কেগেনা ঘুম্বী ওইবা। থবক অদু খবা শোযবগম্তু মীনা থোইনা নোক্নদবা মচাগী কুমহৈদা মপা-মমা ওইবশিংনা পৈস্নৈ, হবাওনৈ, অক্লা-অনা পুন্নমক কাওথোক্লে।

**থুত্তম্ন থুনী থুনাওবী নাই :**— মীওইবা ওইনা লৈরীবা অমাদি জীবশিং অসিসু অচান-মীরাই, মীচান-মীবাই খরদি লৈনদবা নত্তে।

খোঙ হাম্লিংমল্লবদি কৈ মমাইদা হামজল্লি। হায়নরিবনি :— মীওইবগী চংদবা যাদবা য়াম্না মক ওইবশিং যংদবা যাদে। যাম্না দরকার ওইবকপা মতমদা ইকাই-ইকি পুন্নমক কাওথোবকই।

খুং-হৈবনা খুংনা, চিল হৈবনা চিন্না চায় :— মানা মানা হৈবা শিনফমদা শু-নোমজনা পুন্সি লেন্নবা হোংনবা। হিংমিন্নবা মান্নৈ, শেলদান লম্বী মান্নদে। পুন্নমক অসি পুন্নগা সমাজ অমা ওই। (খুং হৈরনা খুংনা চিন হৈবনা চিন্না চায)।

খৌনাও রাবক্রবদি নাকোং রাইচিনবনি :— চিন থিবদগী খুদোং চাদবা যাওবা।

খুন-তাক লানশিবজু মঙাযবে :— মফম অত্তুদা মী-ইবৈ লৈবক্তবা হান্নদি মী-মতিক চানা লৈবন্না।

খেরাই হৌববদি খেনম নম্বী :— মথক খোংবা মীওই লৈনা লৈনা উশিং থওইদবগী মওং তৌকবদগী চোঙ্গা নংবা। তাথি তাওইনা তৌবকপা অমস্তুংফু-চৈবকপা যাওবা যাওদবা নত্তে।

খন্দোক-খাক মীবেম ওইবে :— মযামগা তিন্নবা যাদব মীনি, মীথানবা যাদবা কান্নত্রবা মী।

খ্বাইদগী ফবা লাইশঙদি থম্মোই শেংবজনি :— পুকচেল শেংবনা খ্বাইদগী অফবা ওই। অচুম্বনা জয় ওই।

খুরৌ লাংযেৎনবা ঃ— চযেৎ খোবেৎনবা থবক। ইযেৎতা যেৎতুনা লৈবা। মনিং-মখা তৌনা থবক তৌহনদবা। লোইবং শিংখোঙ ওইবা।

খোংবাল মচানা মী-লৌবা ঃ— থবক অত্থু মচানি হাযদুনা থওই-উশিৎতদুনা লৈথোকউবা মমৈদা অকায়বা লাকপা ইচম চম্না খল্লুবদগী মতুংদা মাংনবগী মশক ওইবকপা।

**গ**

গুরু সেবা তৌবদি ঈশ্বরগী সেবা তৌবনি ঃ— অহল-লমন অশোন-অনা ইথক খোংবশিংগী সেবা তৌবদি লাইগী সেবা। তৌবগুম্বনি মীনা পেল্লবদি ঈশ্বরনা পেনবী হাযনৈ।

**ঘ**

ঘর পণ্ডিততু মঙাইবে ঃ—মহৈ বিদ্যা খরা হৈজবা। মীনা শিং-খাবীদবা মাঙ্গোলজাও ওইবা। মীচং মীথোক খরা যত্তবা। মীবাই খোং খবা রাৎপা।

ঘীগা থাওগা তোংপগী কবি কান্নবি ঃ— মগুণ মান্নবা পোৎতা মফম অমদা মশিং যান্না থমজনবা কান্নদে। মাগী মাগী দবকাম ওইবা মফমদা শিজিন্নবা যৈ।

**ঙ**

ঙা-খা চিনযাওবীনা লাংগা থুই ঃ— চিন থীবদগী চোম্না নংগল্লি। চিনফেল ফরুবদগী মৎং চাহৌদদুনা মী-মাং যম্বা যাওদবা নত্তে। চিন কনবনা অচুম্বা শক্কে হোৎনবা। চিন অখুবনা নম অপাকপা যোনবা।

**ঙাংবদি কৈ মখ্বাং থুদেকপা ঙমই** :— চিন্দোল লৈতোল ফনা ৱাজাও ঙাঙবা। থৌনা ফবা শাবা অমম্বুং হেন্জিন্না ঙাঙবা।

**ঙাকোক য়াম্বা চাও** :— চকুদা মী মুত্তবনি উয়াদা মী মুৎপনি। চাগা যেংনা চাদিং ত্তৌ।

**ঙাখা চাক, উরোক চাক খঙদবা** :— নুপী থৌ নুপা থৌ খঙদনা ৱা ঙাঙবা। পংঙাঙ-ঙাঙবা। থৌ-খাক নাইদবা মী।

**ঙাকপি হৈবা হায়বসিদি মীওইবগী অচৌবা ধর্ম্মনি** :— মীনা থবমখৈ লাল্লবস্থু যেংযম থোকই। মীওইবা শোযদবা ঙমদে। মুনিদস্থু অকাওবা নাই। নোংশা মখোঙ মবি পানবদস্থু হোবৎলি হাথবা লৈ। মীন্নুংশি লৈবনা মীওইবগী হৌনশানি।

**ঙাংলিবা ৱাশিংসিদি অচুম্বা তিঙ্গাকোক ঙাক্তনিনে** :—অচুম্বা ঙাক্তা ঙাঙবা, তৌথোরকপনা এন্ন-তৈনা অবানবা ঙাক্তা তৌথোবকপা

## চ

**চেপসি পযা অথোংপনা শীংজা পোংথোঙ পুনবনি** :— মীওইবনা ব্যবহার লৈনা অমদি থকসি-খাসি খঙনা চংলবতদা মীনা নুংশি। নোলুকপা ৱাহৈ ৱাতা ঙাংদ্রুনা মযামবু লাকশিনগনি। লৈবাকী শেবা তৌগে নিংলবদি অথাং কনবা থৌনা লৈবা ওইদবা য়াদে।

**চাযাম পোকপনা নোকপা চংই, পৈশা পাযবনা নোকপা য়াদে** :— ইমুং অমদা পুকচেল-থোযজেল তিন্ননা লৈবা ফৈ।

মচা মযাম লৈবদি অমনা ঙাংলকপা, অমনা অমা হাযবকপা মতমদা নোক্লিংবা যাওদবা নত্তে। শেলদনস্থ নুংঙাইবা যাদে।

যুংনাক ব্লাবী মতেক ঃ— মতম অমদা চাযাম পোকপা নুপা অমগা পৈশা পয়বা মচা পোক্কবা নুপা অমগা যুম-লোম্নবম্মি। চাযাম পোকপা নুপা মতৈ-মনাও অনি অত্থুদি মচাশিংনা হবাও-নুংঙাইবা থবক তৌথোবকপা উবদা ব্লা-ব্লা নোক্কুনা লৈবম্মি। পৈশা পাযবা নুপা মতৈ-মনাও অনি অত্থু চাযাম পোকপা ইমুংনা ব্লা-ব্লা নোকপা অত্থু মথব্লাই নুংঙাইবমদে। চাবোক্কবী মতৈ-মনাও অত্থুনা ক্লব্রে মথোযস্ত পৈশা পুথোকলগা নোকপা যাববা হাযত্থুনা য়েংবদা নোকপা যাদবে পৈশা অত্থুগী খনবদা নোকপগী মহুৎতা অক্কিবা তমা পোকলে। কনানা কবি তৌবগবা হাযবগী ব্লাখলদা অহিং নিংথিনা তুম্বা যাদে। পৈশা পাযবনা। নুংঙইবা ঙমদে মীনা মক ওই।

চাক-কোব চাবা, যুবেম থকপা ঃ— ওনিংদবা উতাংবীগুম্না নীংভান্দা নপ্লগা হিংনিংবা মাব্র উবগা খ্বাইনা হংগোইনৈ। খ্বাযনা মাব্র শিংথাদ্রবা মীবেম ওই।

চুদনা চাক-থেকপিনি ঃ— নুংশিবা শকনা পামজবা। চানিংবা নেশাংনা হাওদা। থব্লাইনা তাবা পোংনা পেনবা। পামজবা শক উবগা পুক্লিংদা খোইবাংবা। পুন্নমক মিৎতগী পোকপনি পুক্লিং অমস্নং ইন্দ্রিগী অপাম্বনি।

চিন কাংজে মওইবে ঃ—মচিন কনবা অচুম-অরান থওদনা পংঙাং ঙাওবা। কবিগুম্বদা মরাল কুপশিন্দুনা থম্লগা নাকোইননা যাম্লা ঙাওবা অর্থ ইধাও যাওদবা ব্লানি। মীনা তানিংদবা ব্লাথী ঙাওবা।

চবক-চহিং নাইবা, হিংলাক হিংজিন তৌবা:— থবক অদু মমুং তাদবা, মপুং ফাদবা, তৌবক্লিবা থবক অদু তং-তাবা লৈতবা খুদক-খুদক্তা যানবা হোৎনবা।

চাকচা-মাং ঈচাওবা:— মপুক্তা নিংঙক নিংঙকপা থবক অদু হেক্তা তৌনবা হোৎনবা রাখল থেনবা তুং কোইদবা থবকনি।

চাবনা গিবাথাংবগী চাক-চা, শুবনা বামোন ষণ অশানবা:— চাবনা থিত্তা চাবা, মপুক থন্নবা চাবা ফংদবা। থবক্তা কা-অমা হেন্না শুবা।

চংপা মথৈ চংলগা কনাগা তাই লাদা তাই:— ইপোং হুন্দোকলগা মীপোং পাম্বা কান্নদে। মাংবা যাবা মথৈ মাংলুবগা উপায় লৈবক্তদুনা ইমুংদা হল্লিনলকপা। কনাদা তাই লাদা তাই।

চনম্বিদু মভাইখ্রে, মশাগী ইজং ফাওবা থমদবা:—মশাগী ফবগা লোইরে থনবা, মযামগী যেংদবা। সুবিধা-বাদিনি। মশাগীদমক যেংবদা মমৈদা মযামগী অকাঘবা, অমাংবা ওইকপা যাবা।

চৈস্নু চাবা, লালুপস্নু কাবা:— (রাশাস্নু শাবা লালুপস্নু কাবা) তৌফম থোকপা থবক নিংথিনা তৌদবা। রাজাও থোক্রবা কান্দা থবক অদু তৌবা অমস্নুং মশাদা দণ্ড পানবা, লেংবা যাদ্রবা মতমদা থবক অদু তৌবা।

চিবোন মখোং পান্দবনি:— মী অমা-অনিগী মশাগী ওইজনবা লোন্না-থুপ্পা রা তান্নবা। মখোইগীদি কান্নবা মী মাঙনবা হৈকা মী তাবা হাদবা।

চিকোন-নাওকোনবা যবনি ঃ— ইমুং মন্নুং লৈমিন্নবদা মংক খোংবশিংনা মখা খাবশিংবু হবাও-তম্নাম্না তৌ বা ফৈ। থকসি খাসি খঙবতনা অফবা ৎইরকপা যাই।

চাওবী মাগী খুজিন্দা অমু-মাগী খোযন্দৌ ফুবপা ঃ— যত্তনবা লাংলৌ তৌশিনবা, অঘ-যত্ত থবক খুদিংদা বকশাবী শাবা।

চিন্দা লাই তোংবা ঃ— হাংদোকখিবা রাহৈ অত্থগা থোক্লকইবা থৌদোক অত্থগা মান্নবা।

চাকশা চাবা ঙৌ পোকপনি ঃ— অথুবা থবক তপ্পা তৌ। হাথু-হাথু তৌবা থবক মওং চাদে। থবক খুদিংমক মতম চানা নীং-মাংদেনা তৌবা ফৈ। মুমিং থা চুইনা চাখিবোই।

চং যংবমখৈ শোকপা ঃ— পাম্না শাগিবা মংদা শোকপা।

চোঙাথীজাবীগা চপ মান্নে ঃ— চিনগনবী রা যাম্না ঙাংবী। অবেম্নদা রাথী ঙাংবা।

চাকচা মাংদা নাম শোনবা ঃ— চাক লাম্নবদা কবিগুম্বা থবক অমতা পুক্লিং চংদে। জীব পানবা, অচং-চংতা অহিংবা খুদিংমক চাবা-থকপা যাওদবা যাদে। লম্নবদা ধর্ম্ম তানবা রায।

চিলহাও থিবা মযাং কংগল্লি ঃ— চাবা যাবা পোৎ মখৈ চাবা ফৈ। ওক চাক চাযেনহাহিপ তমগদবনি। চানিংবা যেনশাংনা হাওবা, পামজবা শক্লা হজবা। পুম্নমক পুক্লিংগী মখা পোনবা ঙাক্তনি। চাবিবা পোৎতু হাওতে হাযফদে। পামদ্রগা অমস্নুং চানিংদ্রগা তোকপা ফৈ।

চক্কু উয়ালদস্নু (খেৎনৈ) কেনৈ ঃ—মতম শাংনা তিম্নছুনা লৈরক্লবস্নু নোংমা ফাদোক্নু শাওনবা মবাকই। মতৈ-মনাও ঙ্গংশিনা চান্ন-চিন্ননা লৈববস্নু কবিগুস্না মতমদা খংনবা যাওবক্তবা নত্তে। খোযখা-ল্লিনখা থানদনা চাকতিন মোনদিন্না লৈবা ফৈ। (চক্কু উযানদস্নু কেনৈ)।

চাকনেম চাবা, যিমল খুনবা ঃ—তুমন লৌবা, গুনিংদবা অরেম-অপাদা হিংবা।

চিনথক্কা মবং অবংনা খুমগন্নু ঃ—মগক খোংবনা (অহলদা) থওই-উশিংতবা তৌগন্নু। চবেং চবেং ভাংগন্নু চোপ্পা ফংগনি।

## ছ

ছত্রং পোগা চপ মান্নশ্রে ঃ—যাম্না থুনা মযম অমদগী মযম অমদা থাংদোক-থাংজিল তৌবা। মযম অমদা দবকাব ৎইবে হাযছুনা মফম ভত্থু ভান্না হেক্তা থাংবা যাবা। তং-তানা মযম অমদা লৈতবা।

ছবেং মতুপ শাবা লমনি ঃ—যেংবদা মবাক-মযুং মান্ননা ফজনা উবা নম মফম ধবা। (ছবেং মতুপ শাবা লমনি)।

## জ

জগোযগা তানগা, মোৎকা শাগৈক্কা, পুংলোনগা ঈশৈগা ঃ—অমগা অমগা খাদোক্লবা যাদবা। ভাগা ঈশিংগা তাবা অমনা অমগী মতেং লৌছুনা হিংমিন্নবা থাদোক্লবা যাদবা, অমনা অমগী মতেং পাংনবা।

## ত

তুংগী লম্বী শাংহৌবে, মাংগী লম্বী তেল্লক্রে :— অহল ওই-শিল্লবপা মীযাই হেনজিখ্রবা মী। মশাগী পোলোয ফংগদৌৰবা মীনি। অহল মতম ওইববা। হম্নু-মালহৈনববা।

তুম্বা বেবা লৈবা মীনি :— মবম মবক্তা অণ্ডাওবা লাই-চুবা, শজিং হৌবা, অদ-যত্তগী ব্লাথল খনবা খবা ব্লাংপা। অযাম্বা মতমদা খোল ব্লাউবা ব্লাহৈ শীজিন্নগনবা মখামগা মান্নগন্দবা। শিঙাও লৈঙাও তৌবা মী।

তলা শোংখিবগী মহুত্তা অমা যোনবনা হেন্না ফৈ :— দবকাব ওইবা মতমদা খবাং খুত্তা লৈহৌবা অহুনা কান্নবা হেল্লি। মীখুৎতা লৈবা পোংপুদি ইথুংতা লৈবা খদনা দবকাব লৈবা মতমদা শিজিন্নবনা ফৈ।

তল শিবগা সনা শিবগা তল শিবনা লাকচৈ :— চানবনা মকনি, চানবা লৈতনা অকে-অমোগী থবক তৌবা যাদে। চানবা লৈববদি থবক খুদিংমক ইথোক থোকই। (তল শিবগা সনা শিবগা তল শিবনা লাকচৈ)।

তুম্বা খোঙবা খোনজেল :— খোনলৈ খোন্দা কযা ফজদবা ইংনা তপ্পা লৈশি—লৈথোনবা ব্লাতা ঙাংদবা

তপথবা হাযবসি অথাঙ কনবগী মথৌনি :— মীকোক থোংগে, অযবা ওইগে খল্লবদি অথাঙ কনবা মী অমা ওইবা তাই।

তিং-তিং চাউরো মুমিৎনা কাবিডৈ কাহৌবো, থানা রাংলিডৈ রাংহৌবো, থবীনা চাওরিডৈ চাওহৌরো, ইপা মচুম তাবো, ইপু মচুম তারো :— মী অমা ওইবো। লৈবাক্কা শক থঙবা অমা ওইবো। ইপাগী ইপুগী মণ্ডপ ভাক্কা চৎলো। মীথোই-মীহেনবা মী-মানবা ওইরো। ইপা ইপু কাওগনু। চাদা-নৌদা পান্নু।

তেন্না মপা চুয়গা উরোক্কা শাউবা :— মহৌশাগী চৎনবী অত্থু নিতি কায়দনা চৎশি হায়নবগা যানিংদবা। অচুম্বা চৎশি হাযবগা শাউবা।

তপচমনু হোৎনবদা লেপকনু :— চীং কাগে নিংলগা মখোওদা যমত্নুলা লৈববদি চীংদোল যৌবা ঙমলোই। গবক্তি অবেপ্পনি মীংইবনা হোৎমববদা ঙমদবা লৈতে হায়নবিবনি। লেপ্পুবনা লাকচবনি।

তিনখুৎকা লাইখুৎকা মান্নবা হৌনদে :— মীনা তৌবনা অমা লাইনা শেম্বনা অমা। পুম্নমক প্রকৃতিগী মথা পোননা ভাক্তনি। ( তিনখুৎকা লাইখুৎকা মান্নবা হৌনদে )।

তিনখুৎকা লাইখুৎকা মান্নগবে :— মখুৎনা মখু শাংলিবা। মান্ন-মান্নবা তিন্নখি। চোং-কালগা অমম্বুং তিংগম লাইগমগা ভাক্তা ভাইরা। ওইরোইদৌবা থবক্তা ঙহাক-ঙহাকী ওইনা মীনম্বা নমথাক তৌত্নুনা ঙম্নবা হোৎনবা। উবাল-কৈবাল তৌবা।

## থ

থম্বাল ইমা চম্মনবে ঃ—ব্লাখল ইথোক-থোক্কবা, থোনম্বী থোনম্বা ওইবা, থবক মফাং মফাং লাকশিল্লকপা। অমা লোইড্রিভৈদা অতোপ্পা থৌদোক অমা লাকপা। বুদ্ধি লৌশিং থোক্কবা। (থম্বাল ইমা চম্মমনরে)।

থোংজাও লোক্কী ঈরাওথোনহু চিম্বালদা তাবে ঃ— থবক্তি খিতা তৌবা। ব্লাংদি চীং ফুকদোংগমে চাওনা ডাংথোকপা। ব্লাজাও ডাংবা।

থোইচং ব্লাংচংনবা মীগী মী ব্লাংকল্লি ঃ— মী-থানদবা মানা তৌবনা ফবে খন্না চংপা মীদি মমৈদা মকপ-মপাং ব্লাংকল্লি। কম্বা-হৈথানবা মীনি। নাইতোম চাবা মণ কৈনা চাগল্লি। মমৈদা মাগী মী নৈগন্দে।

থাও-মৈগী মথোঙহু মমবনি ঃ— মশাগী অবানবা মশানা খড়দবা। মমাইদা তৈবা উফুলদি মীনা তৈথোকপিগ বনি। থৌবুনা মথৌদা শঙ্গল্লি।

থম্মোই শেংবতনা ভগবানবু দর্শন ফংজে ঃ— পুকচেন শেংবা যাম্না দরকার লৈ। থম্মোইবু শেংলবদি ঈশ্বরনা পেনবি।

থোক্কী থোক্কা তৌবা ঃ— উট-পট তৌবা। চিনফেল ফবা ঙহাক ঙহাক্কী ডাংবা, নৈতোল। শক পান্দবগী ডাংবা। তুংগী পোথি নৈতবা অমম্ভুং মমৈদা মশাগী লম্বী থুরকপা। ঙইদবা ডাংহুনা মশাগী কম্ননবা হোংনবা।

থবক অসি মুবী লাকপিগা চপ মান্নথবে ঃ— অমনা অমদগী মুন্নবা হোৎনবা অমম্নুং মশা-মশাগী ফরগা লোযবে থনবা।

থম্বালনা মপান ফবিৈ তোইনন্দো খোযস্নাবা ঃ— যোহদম্মু নহা ওইরিৈদা ফজে। মশক মতৌ নিংথিবা অমম্নুং লিাব খোম্নরিবী নহা ওইবিবী, ওইরিবশিং, লাইনম্মু কল্লকপা মীনম্মু মীহৌবা মতমনি। মীওইবনা পমাল ফরিৈ, থুদিংমক্কা নহা ওইবিৈ ফজদবা লৈদ্রে।

থাওবা কল্লগা পম্মুংযম গৌই ঃ— হন্না-হন্না হোৎনবগা ওমদবা লৈতে ওম্না যাবা ওইবদি। মীওইবগী আশাদি সোরনা ত্রৎত্রি ফাত্তবা লৈ। আশাগী মতুং ইন্না হোৎনবা ওাক্কনি।

থানা ফজবদা ঐ মচাইবে হা না নাপল তৌবদগী মমাইদা থাইহিং কাই ঃ— অথোই নাপল কাগন্নু। থবক থুদিংমক মাইপাক্কবা হোৎনবা ফৈ। শক ফজবম্মু লাইথোক অমুক্কা মমাই চামই।

থোকশিনা শম মুক কুংথবে ঃ— ওইদবা ব্রা ওাংগনবা। ওাং-থোকলকপা ব্রাকমশিং অদু কযা থাজবা যাদবা ( থোকশিনা শম-মুক কুংথবে )।

থক্কংপা অমম্নুং মুংশা থিবদগী লানথি লাকপা ঃ— মিপাইবা থন্নাই ব্রাবদগী খোঙ হামনিংবা। ব্রাথল লৌশিং থোক্কবা। থীরম চেনবা থাওনবা নত্তে। থবক থুদিংমক পাথৎতনা তপ্না তৌবা ফৈ।

থেংথবা হাযবসি খুদোংথিগাসি ঃ— মতমনা কনবুম্ বাইবীদে। করিগুম্বা থবক অদু মতম চানা তৌহৌদ্রবদি খুদোংথীবা য়াংবিদবা নত্তে। মতম চানা থবক তৌবা ফৈ।

থম্না থক্তা পকপা লাইজংমে তৌববনি ঃ— নিক-নিক লাওনা ছিংবা। মীওইবসী পুক্সিদি কৈদৌরৈঙ শিগদগে হায়দা কনাম্ব খঙবা ওমদে। (মীওইবগী পুক্সিদি থম্না থক্তা পকপ লাইজগুম্বনি)।

থীবু যৈবগা মাইদা চোংবা ঃ— ইমুং মনুংগী ফত্ত-হৌদি অত্তুবু মীভোন্দা য়াবী শাদোকউরবদি মী-মাংদা চোম্না ফংবা হৌনৈ। সোকাবেন্দা ভিল শিংকংলগা মাযদা তাবা।

থা থা থাবুংতোন নচা মোবানবী পোবিগে পোবী শনম নম্বীগে হৈবোং চবোং অমতা থাদবিবকউ থাবুংতোন ঃ—মৈতৈগী নাওথেম নাওশুম ইশৈ ইইনৈ।

দ

দশা তাববদি মনম-মনম লাকই ঃ— মশা তাবা উচেক্তা মযাম চংতুনা তানবগুম্বনি। দাও য়াদ্রবদি মপা ইচা চানদে। মিংতা য়াইক পাইশিল্লি। অখঙ অহৈ তানহুনা জুংগী ফিভম ফনবা হোংনবা ফৈ।

দেশি শল য়াবেকপত্তু মুভায়রবে ঃ— শোম্বুবা অমম্বুং লেকথবদা পকচদবা। কেথ-নৌথত্তুনা কৈথোকপা। ওমিংদত্তুনা য়াশিন্নবা।

দাও যাদ্রবদি মিংতাংবনা শেলগাও কানবগুম্বনি ঃ— মপা

চুমজ্রবদি ফনা মিহৌত্নুনা হোৎনকন্নবসু কান্নবা যংদে। ফুংনাক্কী ন্নারী মতেক :— মতম অমদা লাইববা মুপা অমনা থবক বন্নী শুত্নুনা লাইববা কোকন্নবা হাযত্নুনা লশ্মী পুজা তৌজবমই। লাইনা মহাক্না পুজা তৌজবত্নুদা খাঙবা ঙমদ্রত্নুনা লুপা খাওজাও অমসুং সনা খাওজাও পিবিবগে হাযত্নুনা মুপা অসিনা লাকদৌবা লম্বীদা সনা-লুপা খাওজাও অমা থমলে। মুপা অত্নু যংউ তমদবা মবম্না মপা অত্নু হেক খৌবমাইদা মমিৎ তাংবা মীনা চংপা অত্নু ওনথোক্না ন্নারীনিদা নিংত্নুনা মমিং উইশিনত্নুনা সনা লুপা খাওজওত্নু হেক কান্দুনা চংখি হাযনৈ। (দাও যাদ্রবদি মিংতাংবনা শেলগাও কানবশুম্বনি)।

ধ

ধর্ম্ম দেখো লুখোয বাবু নশা নহানি:— মীগীদমক থব যেংউ, নহাক্না মকবে হাযনা খনত্নুনা চংযদে। যক্তবা নোক্লকবা চুমদে। কল্লিদা খুঁৈ কংদ্রবনি

ধুর্টা বুদ্ধিগা চপ মান্নশ্রে :— কু বুধী তৌত্নুনা থক তৌবা। মাপীদা ফবগা লোইবে খনবা মীগী খম্দবা অমা। মবুক ফত্তবা মী। মীযক্তবগী হিদাক লৈতে, অনাবগী হিদাক লৈ।

ধর্ম্মনা মুৎলক্লবদি মহাপ্রালয় ওইরক্নুনা ঈশিংনা থাও ওইরগা পৃথিনা দোসি ওইত্নুনা চাকনি হাযনৈ:— দোষনা দোসি ওইনা চাকপা। প্রেম লৈনবক্তবা মীপুম খুদিং অমনা অমগী মাংনবা তৌনরকপা মুংশিনবা ন্নাথলকপা।

ধনিদা লৈবাক পুংজাও থিল্লবনি :— ধমকা তৌবা। মগুণ খঙদ্রিবা পোৎ অতুগী মরমদা মগুণ লৈ ধজৈ নিংথিবা চংখোনবা পোংনি হাযভুনা যাম্না থাগংনবা। তোকঙানা মাং থাবা ৱানি (ধনিদা লৈবাক্ পুংজাও থিল্লবনি)।

ধর্ম্ম পুন্নমক্তগী অথোইবদি অহিংসানি :— হিংশা তৌদবা অমগা-অমগা মুংশিনবা জীবশিংবু লুনা তৌবীবা অসিনা খ্বাইদগী অফবনি।

## ন

নযুম শিউ ইতাংগে, নমণ লেল্লু শা-চাগে :— যাম্না ওইজবা তানবা। ইঝোল লোন্নবা অমসুং লৌ-লোন্নবা মযমদা খবা খবা খোৎচিলগনবা অমা। উচি চাক হোলহুম তৌবা। অবম-তপা যাম্না পামগনবা। মশাগীদা যেংবা মী। যুমলোন্ননা লৈমিন্নিংদবা।

ফুংনাক ৱাবী মতেক :— থাইনগী ৱাবীনি পাংঙল অনি তুবাপ অমসুং তোনা যুমলোন্নন্মী। মখোয অনি ইঝোলগী লম হেনজিনলি হেনজিনদে হা বগী মনমা থংনবমই। মতুগী মক্তা অচৌবা ৱাথোক অমা ওইখবে। অঙম্বদা (নিংথৌদা) ৱাকৎলে। ইনাকখুনবা মুপা অতুনা ৱা ঙমলে। লাইরবা মুপা অতুনা কেশকী পৈশা লৈত্রভুনা হারু-হারু চেনবা উবদা ইনাক খুনবা মুপা অতুনা হায়খিবা ৱাহৈনি হায়নৈ (নয়ুম শিউ ইতাংগে নষণ লেল্লু শা-চাগে)।

মুমিৎ য়ুংবগী মিনি :—য়াম্না কা হেন্না নেম্বা অমসুং পিকশিনবা। মেকক্কা মখোঙ পানবা।

নুমিৎনা নোংচুপতগী থোক্লবা ফাবো ঙমলোই :— ওইরৌ-রোইদৌবা থবক্নি। হোৎকবদা কান্নববোইদবা থবক ওইথোক্কবা অমা।

নুং নাংহুনা ফুমবংননা লৈবে :— থবক তৌফম খংদবা, পুক্নিংদা চরাংনহুনা লৈবা অমসুং অৱাবা ওইবা।

নুং মুক কনবা থম্মৈইনি :— মীনুংশি ৱাৎপা। হাযখিবা বা হোংগন্দবা।

নুপাদি চৈণ্ড পাযববা-ফাওবা নুপী লংননিংই :— পুন্নমক পুক্নিংগী মথা পোনবা ঙাক্কনি। মী-মীনা পুই।

নুংদা ঈশিং চাইবগা পেৎথোক্কদবা নত্তে :— হোৎনকহুনা কান্নবোযদৌবা। হোৎনকবা পুন্নমক অরেম্বদা মাংবা। হাযনবা য়াববোইদৌবা।

নোকক্রেম-হাযগ্রেম তৌবা :— থওই উশিৎতবা মওং মানবা। ফাগি-ফাবাং তৌবদা মীহুগী মখোয শিকপা ৱাফম ওইবা।

নুপী মমাং পাম্বোম তিংবা :— ইকায খাংদগী মতিং যুদোকনকপা। অপংথৌনা উৎতুনা যুতানি তৌবা।

নোল্লুকপা মীদি অশেংবা মবিল লৈগল্লি :— সমাজগী চংনবী মুন্না খংবা লৈবাক মচা তাবা মীদি ৱাহৈ ব্যবহাব ফজৈ অমসুং হৌনবা থঙগল্লি। মহৈ হৈবা মীনা মক লুক্না চৎলি। উহৈ যাম্না পানবা উনা মক লুকই।

নুপী লোনবদি অতোনবীগী থিদোল চায হাযনৈঃ— মাগী মাগী যাননবা হোংনবকপদা মকোক ওইরিবা অত্থ অপংবা তাবকপা। নুপী অহলনা লৈকাইনা যাই হাযনৈ। নুপী অতোনবীনা মপুবোইবনা লুনা চাননা থম্বী হাযনৈ। নুপী অতোনবীগী যনেক ফদিগোম মথক্তা ফৌবদা ফদিগোম মকা তাই হাযনৈ।

নব্রা লৌদে, নগী মাংদে, থীগেৎচৈ ঃ— মযাম তিন্দুনা কবিগুম্বা ব্রাফম অমা থন্নবকপদা অমনা হোদোকপা ব্রাফম অতোপ্পা অমনা উশিত্তুনা ঙাংবা ব্রানি।

নুংথল তুমবা শিবদা পোকহৌদে ঃ— তুম্বা চাবা অমসুং শুবা মতম নাইগনি। কাযববদি পুন্সি তেনগল্লি।

নু ঙ ফুংপা মতি চেন্দে ঃ—ওইথোকলোইদৌবা থবক্তা হোংনবা কান্নদবদা মতম হৌখিনবা হোংনবা।

নোংমগী শেল-শিংতি কৈথেল কুমদ্রি ফাওবা খঙবা মঙদে ঃ— মীগী অক-যত্তদি শিদ্রিডৈদা খঙবা ঙমদে।

নোংমদা পোকপা মচানা নিনি শিবা হৌনদে ঃ— মীওইবদি নোংমদি শিবা তোনদুনা লৈববনি। হিংলিডৈ মন্নুংদা তৌফম থোকপা থবক্তি তৌবা ফৈ। হিংলিডৈদা অফবা থবক থৌনা ফনা তৌবম্বনা তুংগী লম্বী ফগনি।

নুপী লৌবদা লৌরি যুমযম শোকপা লৌঃ— মবল-মথুম লৈবা নুপী লৌবা ফৈ। কবিগুম্বা অব্রাবা তাবকপা মতমদা মাইপুননা ঙাকপা ঙম্বা নুপী লৌবনা যাইফবা ওই।

মুমিংকীদমক্তা ছইনা ৱাবা:— মবম লৈতনা অমুগীদমক্তা ৱাবীবা। চরাংনা তা মতোম্দা তোংলগা কাক্লা মথী চিংলি হাযবা অত্থনি।

মুপী পুত্থনা লম্বীদা লাকপা মুপা লংনকমু, চবামনবা নোং-শাগুম্লি:— মীওইবদি ইকাযখাওদগী মশিংঘা-মরিল ফুদোকলকই, শিবা কিদে। চৈন্ত পায়রবা মুপা ফাওবা মুপী উবগা লংননিংই হায়নরিবনি। মুপী মমাংদা পান্বোম তিংবা। অত-তাই লাকলবদা মরিল লৈতবা লৈতে। লৌবি শিংজা কা মতু মচা কা হাযনবিবনি।

মুংশি থৌবিনা উযববা, ইকাব থাংনা থৌববা:— অমগা অমগা মুংশিনবা হাযবা অসি পাক থাদোক্লবা অমসুং কাং থোক্লবা যাগনদে। মমৈথংদা ইকাই-ইকি পুম্নমক থাদোকল্লি অমসুং থুংনগল্লি। (মুংশি থৌবিনা উযববা ইকায থাংনা থৌববা)।

নংওোম্দা পাওতাক পীবসিদি মণ মমাংদা গীতা পাবগা চপ মানৈ:— তাক্লিবশিং অত্থগী জ্ঞান লৌশিনবা ৎমবা। গীতাদা ইবিবশিং অসিদি মীওইবগী কান্নবা পাংতাক ওাক্তনি। তাকপা মখৈ তাক্লগা অবেম্বদা তাবা।

নথক অহম্দা কবেম্নগমু চোপ্পা যংগনি:— থকসি-থাসি খওনা চৎপা ফৈ। মী-মাং-পোমাং খওদবা মীদি চোপ্পা নংগল্লি।

মুপাদি লংফৈ চংথোকপদা খুৎলাই অমা, ছাতিন অমা থাদবা ফৈ:— মুপাদি কোনথোং ৱাংমা হেক লানথোকখিবদা শাযম লালযমদা লৈ হাযনরিবনি। নোংজু মুংশা অমসুং খুদোংগীবা

পুম্নমক্কগী মশা ঙাকথোকচনবা মাংজৌননা থৌরাং তৌবা ফৈ ।

নাইতোম তাবা ৰণ কৈনা চায ঃ—মতোমতা তানিংবা। মহাক্কী মান্নবা কাংবুগা পুন্না লৈমিন্ননিংদবা, মমৈদা খুদোংচাদবা থোকপা। মান্নবা মশেল তিন্নদ্রবদি মমৈদা অৱাবা তাগল্লি।

# প

পাইজনা ফনা থৌদুনম্মু থেঙ্গু যাওদ্রবদি চংবা যাদে ঃ— মীহুনা ফনা যহুনম্মু মীচং লৈত্রবদি যাওবা যাদে। খোঙজোম যত্তবা যাদে। হিনাও শাবনা ফনা যহুনম্মু হিবোয যত্তবা যাদে। অমনা অমগী মতেং পাংনহুনা হিংমিন্নে।

পেনে-পেনা পোকপগথে ঙাংলগা উতোং অহোবদা ঈশিং শোকপদু মঙাইনে ঃ—থবক অদু যহন্নিংবদগী লোন্না কযা তাকপা, লোংনা কযা হাববা। মমৈদা থবক অদু কান্নবা ওইরক্কবা। হাযবা ঙাংবা পুন্নমক অদেম্মদা তাবা। যৌ-শুবগুম হাযবগা চেং চোইবগুম নানথোকপা। শামু মথুনদা পেনা খোঙবগুম পোকপা। থবক অদুগী মরমদা ৰবিগুম্না অম্নতা কান্নবা যংদবা।

পাম্লপযম লৈত্রবা মালংবগুম্বনি ঃ— মীওইবগী পুন্সিদি অসিনা মৰোইৰে হাবৰা লৈতে। শোরনা তংত্রিবা ফাওবা মীওইবগী আশা লৈ। মীওইবগী পুন্সিদি খুবাক খুনমদনি।

পরিংদা শেম্বাং তোংবা :— মী খবা চপ মান্নবা পবেং অমদা যমত্নুনা লৈবা। মতম চানা থবক তৌদনা লৈবা। কান্নদবদা ৱাবেম ঙাংদুনা পবেং শানা যমত্নুনা লৈবা। (পরিংদা শেম্বাং তোংবা)

পুন্নমক্না হাযবা তাও তৌবদদি নংগী লেপকদবা অমদা লেপ্পু :— মীনা হাযনবা অত্তু মুন্না তাবগা অফ-ফত্তু খল্লগা চুন্না থবক তৌ। পুক্নিংগী অবেপ্পা অমা থমউ।

পৃথিবী লেপশিল্লু লেংদবা পোংতি মসিদনি :— লৌ-ইংখোল লেপশিল্লু, লৈশিল্লু। লৌ-ইংখোল থাদোক্নু। মী মশিংদি হেনগৎ লকপা যাই অত্তুবু লৈপাক লৈমদি পাকথোক-চাওথোক্লক্তে।

পীবানা নোক্লগা মণি থোকপা, নিংঙোন্না কপ্পগা সনা থোকপা :— মচা নিপাশিংনা তৌবিবা থবকশিং অত্তু কান্নগদবা মানবা অমস্তুং মচা নুপীশিংনা মখোয মখোযগী অপাম্বা অত্তু থুংনবা হোংনবা। থবক থৌওং অনি অত্তু খেৎনবা।

পোলোই ফববদি ইফদা যবে :— মমৈদা ফববদি ইফদা যবে খুযা তুশিংনা লৈ হাযনৈ। তৌবিবা থবক অত্তু অহানবদা খবা ফৎত্রবস্তু ফগৎলক্লবদি মমৈ পুংফা অফবা ওই। অত্তাংস্তু খোম্মৈ খোমদোন ফববদি ইমুংত্তু ফগল্লি হাযনৈ।

পৃথিবী লুন্নবা পোকপা :— নিং-মাং উদবা থক-খা খঙদবা অপংবা। থবক খুদিংমক ৱাখনগী মথা পোল্লি। ৱাখল ৱাৎপা মী অপঙবা লালওইনৈ উ অকংবা শিং ওইনৈ। মীশিং-নাশিংদবদি ৱানা লেনগল্লি।

পোকলবদি শিবা শোয়দবনি ঃ— পোকপা নাইরিবা জীব খুদিং শিবস্ন শোইদনা নাইগনি।

পাথৌ ইকায লান্দা শি ঃ— মীমাংগা ইজং ঙাক্রগা হোংনবদা অন্নাবা নংবা ।

পাখ্রা ব্রাবৌজাও, লুখ্রা কপ্চংপি ঃ— মীওইবগী যুম্বালবগী পুন্সিদা নুপা নত্রগা নুপী অনিগী মবক্তা অমা ব্রাংলকপা থোক্রবদি খুদোং চাদবা থবক লাকপদা কা হেন্না ব্রাবৌবা অমস্নুং শাওবা থোক্লি।

পেবেংনা মচা চাউবা ঙাইবা ঃ—হখিংদস্ন পান্লিডৈদা নোনজৌ হাযবা লৈ। কবিগুম্বা থবক অমা তৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈত্রিফাওবদি মীগা শীংনকদনা নোল্লুক্কা লৈবা ফে।

পুক যাওদনা ধর্ম্ম তানবা যাদে ঃ— শু-নোম্বনা অথোইবা ধর্ম্মনি নোমদ্রবদি চানবা, শেংনবা অমস্নুং লৈনবা যুম ফংলোই।

প্রজাগী সেবাদি ঈশ্বরগী সেবগা চপ মান্নৈ ঃ— লৈবাক্কী সেবা তৌবদি খ্বাইদগী ফবা থবক্নি। মীনা পেল্লবদি ঈশ্বরনা পেনবী হাযনৈ।

পবী অমা থৌদোক, শংঙম অমা হনজনবা হাযবত্নুনি ঃ— থবদি হঞ্জিল্লকই মহাযবা মপুংদি ফাদবা। পুথোকখিবনা শংবাইদা ওন্দুনা পুথোকখিবা হঞ্জিল্লকপনা লাইতংদা ওল্লগা হঞ্জিল্লকপা। খুজোক্কা চোক্রনা খুযানা যাবা। খবদং হঞ্জনবা।

পুজাবি যাম্নগা যেনশাং থুম যাকই ঃ— মী যাম্নগা ব্রা যামই। থবক চমংদা মী থবনা ঙম্বা যাবা অস্থ মযাম চংশিন্দুনা থবক

থ্রাযোং থোক্তবা। অমগা অমগা মত অমস্নুং পুকচেল তিন্নদবা।

পেংনা চেঙজংবী, থোংনা মীনম্বী ঃ— খোল ইহা-হাদবা, মতৌ ইমান-মান্দনা ফত্তবা। মপুকচেল লুবা। চিনবাল থোংদা লাংবল খোহি তৈবা পুকন্নুংদা হু ফুম্বা।

## ফ

ফৌ মক অমগী লমন শিংবা ওমদে ঃ— ফৌ-চেং খ্বাযদগী মক ওইবা চিঞ্জাক্নি। মক অমদগী ফৌ কযা থোল্লক্তুনা পাক শন্দোকপা ওমই। মীওইবা অমস্নুং জীব কযাগী অ বা চিঞ্জাক ওইনবী। রানী মতেক ঃ— থাযনা মমা ডৈগী রানীনি মচিন মনাও অনি লৌ বোন্নবম্মি মযাম্বা অহলনা লৌ খাওবদা মনাওগী ফৌ চবোং অমা হেন্না লৌক দগী ম ম্বা অতু ইনোই ওইনা মপোক লাংডোল কযা পৌক্তুনা লমন শিংথি হাযনৈ। ফৌ হাযবা অসি মক ওইবা অফবা চিঞ্জাক্নি।

ফৌ কৈ অমা ইবেমা নংগী খুবাক্তা তুমগদৌবিবনি হাযবদগী মৌ অনৌবী হৌদুনা চেনখি হাযবা তাদুনা তোক্কনি — রাইদগী অকিবা যাওবা। তৌবগদি থবক অতু ৎমগদৌবিবা অতুবু মপুক্লিংদা অকিবা অমা যাওবা। লৌশিং থেনবা মী অমা। থবক্তা অবেঙ্গনি তৌগদৌবিবা মীনা লেপতবনি ওম্বা যাবা থবক্তা নিংহন্নবা চুমদে। থবক তৌবগা থবক খঙই। কিবা অমস্নুং থুকংপদগী থুদোং চাদবা থোকপা যাওথিদবা নত্তে।

ফৌ উযালদা থোংগন্নু :— ফো তাযথোক্লুনা ঙাচেংকী থুমক চেংকী অমস্থুং অহাংবো যেনশাং চাথোকন্নু। চেকশিলদবা নুপীদা চুম-শো শিন্নবা চুমদে। চেকশিন থোঘজিনদ্রবদি মমৈদা অৱাবা নংগল্লি। চফুদা মী মুংতে, উযানদা মী মুংপনি। হোবেলগী অমস্থুং হযেংগী থাক্লা চেং-চাক যেনশাং-নাপী শিজিন্নবা ফৈ।

যুক্তানিনা তৌবিবা, মথুনদি কোং কোং লাওবদনা :— ৱাজাও ঙাংবা, লৈদি লৈত্তবা। পুথোক্লুনা থবক অদু তৌবা ঙমদবা। নাপল তৌবদগী অৱাবা তানিবা যাওদবা নত্তে।

যদিনা থোম্বা সনদি :— অযবদি মাংবা যাদে। লৈথোমদগী শাংনবকপা থবা, অম্বান লৈথোম তৌদে। মৈরু ফিনা কুপ্তুনা থম্না যাদে। যজবা শক যজবা পোং মশাগী মগুণ অতুমক লৈজে।

যংলোন খডনা পামদবনি :— হা বত্নুনা, হোংনকত্নুনা কান্নবা যংলো যাদৌবা থবক। থিক অনেম্বনা থা অৱাংবা লাম্বগুম থোকপা। চাবদি যন্দ্রেগা লম-হুইনা অঙ্গুর শিল্লি হাংগুম্বা।

ব

বামোন্না কেগে হাযনা কেবৱদা মনাইদা খুবতোন কৌবদগী হেন্দে:— কেথোক নৌথোকপা, থোন্দা মযজবা মফম মতম খঙদবা লেমথোক্লুনা লৈবা। কেথোক নৌথোকপদা পকচদবা। মথৌ তৌদত্নুনা লৈথোকপা লেমথোকপা শাবা।

বাসিগী মহুৎ তৌদ্রিনা শিলবা:— পোংকী মগুণ খেংনৈ। পৃথিবীদা লৈবিবা মী পুন্নমক চপ মান্নদে। মশক অমগা অমগা শোযনা খেংনৈ। মপু মাগী খুংশেমনি। ( বাসিনী মহুৎ তৌদ্রিনা শিলবা )।

বডিশাগী ইচেলনবু ফববদি লোক্তাক্তা নৈনিবা পেঙবা অতু কোকচাই লৌকোন্দা কাবক্কদবনি:— ফনবা হোংনৌ, নশাবু ফববদি অফবা নুপী অমদি নুপা লাক্কনি। নহা ওইবিঙৈদা নচে নশিং নিংথিনা তমজুনা মপুং ফাবা মী অমা ওইনবা হোংনখো। মতম লাক্কনি কানানা লৈবু শাংকনু হায়জুনা থিংবা ঙমলোই। মতম চারিঙৈদা তৌহোৌবা থবক্তা তুংগী অফবা ঙাক্তা ওইগল্লি।

বোক-চাকথাক্কু মঙাইব:— নোংমগী মাগী মক্তা চাক লুক অমা অনি তমদবা যাদবা। থবক শুনিং বা যাম্না চাবা অতনবা অমা। চাকলেম চাবা। ইমুংগী অল্লা--অপা অল্লা-অনা উশিনদবা মী।

বিদ্যাদি তম্বগী লোইবা নাইদে, মীওইবগী পুন্সিদি তেল্লি:— মীওইবনা খঙফম থোকপা অমসুং হৈযম থোকপা থবক মখৈ হৈজনা শিখিবা ঙাক্তনে। বিদ্যাদি মথল যামই। মহৈদি তম্বগী লোযবা নাইদে সমুদ্রগুম্বনি।

ভ

ভাপ ফববদি ইফদা যবনি, খরনা পেনবা তমউ:— পুরিং অমসুং ব্রাখলনা চুম্মি খন্দুনা তৌকবা থবক চুম্নবসু যাম্না

ফবে। অতুগা চুম্মদবা থোক্লবস্থু থোইনা অবাইবা লৈতে

ভীম্না চাবগা শৌকুনিনা ফাইবা ঃ— থবক্কা অমনা তৌকবা অরাবনা অতোপ্পা অমনা নংবা। যেলনা ঈশিং থক্লগা হামেংনা ঈশিং থাযবা।

ভীমগী সাসোলগা চপ মান্নখবে ঃ— থবক তৌদবা যাদবা। অচুম-অবান থিদবা অইন-তুইন যেংদবা নক্ষুদা থবক তৌহনবা। মমৈদা লৈবাক্কী ওইনা বান্নবা খবদি পুবকপা।

## ম

মহাক মথৌ শেল্লবা মীনি ঃ— অহল ওইশিল্লক্কা মহাক্কা তৌবা থবব শিং অদু থোযনা শিং থাবীদ্রবা অতোং-অবেং ওইনা লৈববা মীওই। থাইনগী হনুমান। থবক শিজিন্নদ্রবা শিবা ঙাযদুনা পাল্লিবা।

মতৌনা যাম্না হৈবা মানবা, থৌবা শাবস্থু কান্নদে ঃ— খবা খঙবদুনা যাম্না হৈবা শাবা। অখঙবা শাদুনা লম্বী রাঙাং তৌবা ঈশিংপুন থনদবনা মখোল থোকপা।

মীরা ঙাংনগম্থু চোপ্পা নংগনি, মী মাংনবা শিনগম্থু ঃ— ওইদবা রা কযানা শেমজন শাজিনদুনা মীবু ফত্তনবা তৌগম্থু। মীরা ঙাংনবদগী থুন-গা লৈকানবা যাওবনি।

মনম মহা কনবা অমস্থুং নমজা নমথেক্কবা মীনি ঃ— অবানবা থবক্তা ঙমনি ঙম্মোইস্থু খঙদনা থবক ঙম্মবনিা হাযদুনা পংহো হোংনবা অনম অহা কনবা।

মোনি মানি খঙদেদা :— থবক অমা তৌবদি লোইখ্রবা মতুগী যলদি খঙদ্রিবা। কদোম হাওদা পাওজেনবা।

মী অচংবগী ব্রা ভাংনগন্নু :— মীব্রা ভাংনগন্নু চোপ্পা নংগনি। মশা যাওদবা মতমদা মীব্রা ভাংনবা অতু অফবনি হায়না লৌনদে।

মৈদা হৈবনা মৈদা শি, ঈশিংদা লৈবনা ঈশিংদা শি :— মানা মানা হৈনবা পামজবা থবক অম্বুদা থওই হৌদবদগী মশাগী অশোয অঙাম থোক্কল্লি। মাগী-মাগী হৈনবী। লানবা য়াওদবা নত্তে।

মৈহুম মোবাক্কা পাও অমস্তুং শগোল পাও লাবপা :— যাম্মা অথুবা থবক্কী। পাও। নিংথৌ গাম্লিংগা থবক্লি। শা পাও লাল-পাওগীদমক্তা শিজিনবঙ্গা পাওনি। হুম ত্তমগী মী অমা ওইনা চোংথোক্কুনা তৌদবা যাদবা হেনযদ্রবা থবক ওইবমি।

মৈরানবীনা মৈদা পাযশিন্দুনা শি, মীং ইবনা অপান্বদা লাগি :— পুন্সিগী লাংযম অমদি তেম্লবা মতম অসিদা মাং-তুং ওই মুন্না যেংলগ চংতবা যাদে। পুন্সি শাংনা হিংলগা পুইনা চেন্নি হাংনব্বিনি। নিশা অমস্তুং হু শিজিন্নদুনা পুন্সিবু লমখাংদা লোযখিবা য়াওখিদবা নত্তে। মানা-মানা তৌজবা কর্ম্ম যল মশা মশানা যংজৈ।

মীংামগী ভাপ্লো অয়ো ইতোমতা :— মযামনা শাগংনবা হোংনবদা থৌবু অমস্তুং থবক তৌবিবা মখোয় অতুনা ব্রাজবা। লৈবাক মীংামগী মিং পেন্নবা অমস্তুং হবাওনবা মুংঙাইনবা হোংনবদা হোংনবিবা মী অতুগী মপাঙ্গল মবোশিং পুম্নমক পুথোক্কুনা হোংনবা

ফবগদি অফবা ওইবা করিগুম্বা শোযদ্রনা খুদোংথিবা তারবদি মতোমতা মরম্লাই তাবা। (মীযামগী ভালো, অযো ইতোমতা)।

মন্ত্র-মন্ত্র থিগং কং ঙখা মপী খায় মাং :— খাজনকা হোংনবা। পুক্লিংগী খাজবগী মখা পোল্লি।

মীরাক-মীথুমবা মীদি শানা-ঙানা যেংখি :— ইথক থোংবা, ইখা খাবা খঙদবদি মফম খুদিং চোঙ্গা নংগল্লি। মীওইনা পোকপদা খকশি-খাসি ব্যবহার লৈতবা যাদে। হে তোংবা মীদি খুদোংথীবা নংগল্লি অমসুং শিবা ফাওবা থাওদবা নত্তে।

মায়ানা অচুম্ববু লোংশিলখি :— শউন্না খুম্বা পুক্কি কনা খঙগনি। মশাগী অবানবা লৈবশিংহু কনানসু হায়দোক্লিংদ। অচুম্বদি তুংদা হেক্তা খঙলকই। মীওইবদি মন্থং-মপাল নাইনা চংনৈ। অবানবা অমা চুম্নবা হোংনবদা অচুম্বা কনা মাংই।

মপুবোইবা লৈত্রবা মুপীদি শম্বন থাবীত্রবা লৈকোলগুম্বনি, ঈশিং চাইবীত্রবা লৈপালগুম্বনি :— নামা হাংলবী মুপীবু মীনা মপুক্লিংদা কযা থওইদে অমসুং উশিংতে। অকুবা থবক লাকপদা বুদ্ধি লৌশিং থোক্লকতে, ফুমবং-নবগুম্বা তোগল্লি। যুম পানবদা মুপা মুপী অনিমক ঙদবা যাদে। মকোক-মক পাল্লবীনি হায়না খন্দুনা মীনা থওইবীদে।

মীচামা ইচা ওইবা, ইচানা মীচা ওইবা হৌনশানি :— নিঙোল পোকপদি, ঐগী ইচানা মীগী মযুমদা চংখিবা মীচানা ঐগী যুমদা লাকুনা ইচা-ইমৌ ওইরবা হায়বসি চংনবীনি।

লৈমিন্নবিবশিংদুনা মরুনি। মুপীদি মমা-মপাবুদি মরা মপুরোইবা অমসুং মকু মানন্না হেন্না লুদবা নত্তে। সমাজ অমসুং জাতিগী চংনবীনা মরুনি।

মকোক মরু পানবা ইমুংনি:— অহল-লমন মপু-মবেল মপা মমা শুনা লৈরিবা ইমুং।

মমৈবু ময়ানা চিক্লুনা কোনশিনবা ফৈ:— শৈহৌ যববদি পোলোইদসু ফগল্লি। পবিং চুম্না থবক পুন্নমক নিয়ম নাইনা, শিনাথাং খঙনা থবক তৌবা ফৈ। সমজগী চংনবী ধর্মনিতি রাজনিতি অর্থনিতি ঙাক্না চংশা ফৈ।

মৈতৈ যম্না শোবোক মযাইদা পাকথানবিঙৈদা খুদোংচীবা থোক্লনি:— মফম চাদনা হ্যাহাবনি হায়দুনা শোবোক মযাইদা খুরুমনবিঙৈদা গাডিনা থেংদুনা শোধবা য়াওখিদবা নত্তে। মফম মতম যেংনা থবক তৌবা ফৈ।

মীকুম থুপ্পা পানববুদি ইকম থুপ্পা পানবনা মুংঙাইবনি:— মীগী মখাদা লৈবগী মহুংতা ইখাদা লৈহনবনা ফবনি। কৈগী মমৈ ওইববুদি হৌদোংগী মকোক ওইবনা ফৈ।

মরা চাক-চা নুংশিবী পেম্মা যাম্ফিপ মুংঙাইবী:— থবকশু। থবক শুবগা পৈশা লাকপনি, চাক যেনশাংসু হাওবনি। অতনবনা অফবা পুবকপা ঙমনোই। অতনবগী কোকতি ভুৎ পেরেৎকী যাকা পুংনি। অহাওবদি চানিংবা, থবক্তি শুনিং বা মী।

মমা শিজ লৈশাবীঙৈগী লৈবক্লবা পোৎনি:— য়াম্না কুইনা লৈজবক্লবা। কবিগুম্না অমত্তা ইকায কায়থোকত্রিবা পোৎনি।

মপী লৈতবা ময়াউদা অথন্না য়াইবা, মমা পোক্কবীনা য়োকপা মচা :— মত্তু শোনবা যেংহুনা তুহৎপা। হয়াও তযান্না অমসুং নোক্না-খেনা পানজদবা যাওদবা নত্তে।

মহাক্কী হৌনা যেনশাংনি :— অহানবা ওইনা থোকপা থবক। লম মাপল শাংবা থাঙাবু মচিল মৈ মুবা হৌবা। হৌরকপদা ঙাংবিবা লোইগদবদি য়ান্না য়াংলিবা।

মিৎ-নাবোং শিংউ, ডাকুহু মীৎকুপ নাহুম শেন্নৌ :— য়াখল খন্নগা থবক তৌ। হৈনা-শিংনা থবক তৌ। ফত্তবা মীবু চেকশিল্লু। যত্তবা মীগী হিদাক লৈতে।

মীবক মীচনথি :— মীমাং থোকপা ঙমদবা। ইচং থৌদবা। মীকিথী ওইবা, ইকায খীগনবা। ( মীবক-মীচনখি )।

মচিন্দা অমৃত ( খোমনম ) কোক্রিবা ( ঙবাংগী ঙাখানি ) অঙাংনি :— যান্না নহা ওইবিবা অঙাং মতিক নত্তনা তৌবা ঙম্বগী মৎংদা ঙাংথোক-শকক্তোকপা। থকসি-খাসি, ব্যবহাব থবা য়াংপা। অঙাং ওইনা শক তাখৎপা। ( মচিন্দা অমৃত কোক্রিবা অঙাং )।

মহাক ঘাতি ফাওরবনি, ইজ্রৌরোক্কী ঈশিং থকলমগনি :— তৌবা ঙম্বা। ওক্কবা, মমিৎ যান্থা মিথা-কোথা তৌগনবা। চিন্দোন লৈত্তোন ফবা।

মথন্তা থাকপা লাংদা মথন্তা পুজবদি অৱাবা নংই .— য়াখল মপুক লেপ্তবা মীদি অৱাবা নংগল্লি। ঙমলোইদৌবা থবক্তা হোযা

ফবা য়াহ্নুনা তোকই। মন্তু-মচা নিংথিনা লৈরবা মীনা মমিৎ যাম্লবদি মথা শায়, অমস্তুং ইকাইবা নংগনি। লম্বেল অনি শুম্লবদি চরা হেনগনি।

ময়াই পোঙ চাক চল:— মওং চাদনা চাক-যাম চাবা অমস্তুং পুক-কং থীবা। য়াম্না কা হেন্না চাবদি পংগনি।

মরিংগী যেম্বা খোঙনেম্বা কাওনা যেশ্নি যৈজাওবা :— হকচাং ফবা ললনি। মশা ফববদি কনাবুম্নু বিদে হকচাং ফবদি বুদ্ধি লৌশিং ইথোক-থোকই। পুন্নমক হকচাং ফবগী মথা পোল্লি।

মতমগী লাইনাদা যাওহুনা লৈবেদনা:— মীযাম্না ফত্রে হাযহ্নুনা লৈববা থবক্তু সঙ্গ-পঙ্গদগী পাক হেক থাদোকপা যাদহুনা ইবোযননা লৈবা। মপুক্লিংনদি পাম্বা থবা য়াংপা থবক। মন অশিবা মনাক্তা লেপলগা প্রাইচিত ফংবা।

মপাম হবাওবহু মঙাইবে:— অরা-অনা, লৈত-লাইবগী য়াখল তৌদনা মুংঙাইহুনা লৈথোকপা। (মপাম হবাওবহু মঙাইবে)।

মশক্তু হেক উবদা (হিলাক হাম্লু) পাখোন শীনিংবা মীনি — লেমথোক-খোতোক্লা লৈতবা। যিজেং-লৈতেং হৈতবা। চমোং চনৈননা লৈগনবা মী। পংলি-শাবি তৌবা। যেংবদা মতিক মগুণ থরা য়াংনা উবা। (মশক্তু হেক উবদা পাখোন শীনিংবা মীনি)।

মী খুদিংমকী মীরা লৌববদি গথা লম্লোনবগী থবক তাহুনা তোক্কনি:— ফগদবা লৈরবদি থবক অহু তৌগদবা মংং অমদা হেক্তা তৌবা ফৈ। মীরা লৌমল্লবম্নু শোযবা যাওদবা নত্রে।

তৌফম থোকপা থবক অত্থুদি নিযম চুম্না হেক্তা তৌরগা ফৈ। অরেপ্পা অমা থম্বা ফৈ।

মীযাম তিল্লম্মবদি কবিনো হংলম্মু:— কবিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লতুনা তৌবিবনি। কবিনো থঙদোকপা চুমই। পুক্রিং লৌশিং ওইনবগীদমক্তা। ( মীযাম তিল্লম্মবদি কবিনো হংলম্মু )।

মীগী চিবোল থাজগনবা মীদি চোপ্পা নংগল্লি :— থবক তৌবদা পোথি লৈতবা মীদি মী-মাং যমগল্লি। মুন্না পুক্রিংদা থনগনি। থবক তৌবা তাববদি মাং-তুং মুন্না থনগনি। থৌবিদগী হোত্নুনা থবক তৌবা য়াদে। মত্থুনা তুং-কোইবোই।

মীগিবোং মীতমবাল :— অপঙবা মীদি মী-মান্নবা ওমদে। মবিলস্থু যাওদে হাযনা লৌনদবা নত্তে। মী অপঙবা লাল ওইনৈ উ অকংবা শিং ওইনৈ। মবিল লৈতবা মী।

মীনা ব্রাবকপা ওমদ্রবদি লাইনা ব্রাবকপনি :— হাযবা ইন্দবদগী অমদি তিনখেৎ-লাইখেৎপদগী অরাবা অমস্থুং খুদোংথিবা নংবা। হে তোংবা মীদি খুদোংথিবা নংগল্লি।

মচা অমগী হাক্তক্তা নোবোক তাই, মচা অমগী হ ক্তক্তা স্বর্গ কাই :— মচাশিং অত্থুগী মন্নুংদা লমহেল তুহেনবা ফত্তবা অমা হেক যাওবদা অহল-লমন মমা মপানা ব্রাবৈ চেল্লনৈ। মীমাং ফমই। অফবা মচা ওইরগা মী খ্বাইনা মমা মপা শাগৈ-নাতৈবুস্থু থাগৎলি অমস্থুং ব্যবহার তৌনৈ।

মী লুখাক চাবা হৌনদে:— লুখাক ওইববা হঞ্জনহুনা চাবা হৌনদে। লৌবম্বা নুপী খাযনথ্রগা অতোম্বা নুপাদা মযুম পানথ্রবা অহু অমুক হঞ্জনহুনা শোবা অসি সমাজদা চৎনবী থরা ল্লাৎলি। অধা-মবা ওই হায়নৈ। অহুবু পুন্নমক চৎনবীগী মথা পোল্লি। উনা-উনা থী নেংপা হৌনদে। ( মী লুখাক চাবা হৌনদে )।

মীগী মচিন পাযহুনা খাম্বা যাদে:— মীওইবদি হিংননবগী মবমদা অকবা অমস্নুং যত্তবগী ল্লাবী-ল্লাতায শাহুনা নুংঙাইনৈ অমস্নুং হবাৎনৈ, মতম লেম্নৈ অমস্নুং লম্বী তেম্নৈ। মীগী মীরা ঙাংনবা পাম্বা মী যাওদবা নত্তে। খোমজিন চামদি হুকপা ঙম্মী মীচিন অমদি হুবপা ঙমদে।

মমাইদা হামোক তৈবদি খঙদে মীগী মখোঙ ল্লাৎবদি নোক্লবি:— মশাগী অশোৎবদি থুমজিনহুনা চংলি। মীগী অশোযবদি থীবি।

মচোং-পাক নাইদবা মীনি:— ব্যবহাব লৈতবা, থকসি খাসি খঙদবা মীনি।

মমিদা থৌশাবা:— ওইবোইদৌবা থবক্তা নুংঙাইবা নত্রগা নুংশা থীবা পোকপা। চজিক্কাদমক ইনি খাকপা।

মী অঙাৎবা, শামু মচা যেংবগী পেনবা নাইদে:— মযামদগী তোপতোপ্পা। খ্বাযগী কুম্মৈ ওইবা।

মাংগী চাকলুক লাকপা:— অঙম্বা লাকুনা শোথোকখিবা থবক অমা তৌনবগীদমক্তা অমনা তযাবিদা লৈবা। ইখও খঙদনা

অতোপ্পা অমনা থবক অত্থু তৌত্থুনা মহয ফংখিবা। ( মাংদগী চাকলুক লাকপা )।

মবালনা মপোৎ ফাববনি, মক নুং তক্কদবনি :— ওইদবা যত্ননা কধামকুম তৌথ্রবা। মী অযাম্বনা মহাকপু নুংঙাইতবা। প্রমান চাদত্থুনা হাযকুবদি নুংঙাইতবা। খুদোং চাবা যংবদগী হেক ফাবা হুবানবগী তবানি মপুগী নোংমা।

মকোক মরু পান্দবা ইমুংনি :— মাগীদমক পাম্বোম তিংবীনবা লৈতবা। লুখ্রাবীনা যুম শিংবা, মচা মশু নিংথিনা লৈতবা। মুপীত্থুনা কুশি বাশিদা পানবা ইমুং অমা।

মায নহা কোক অহল :— কোকতা ফজদবা পোক হৌবা মকোক তাংবা, খুংতাং যজদবা যাম্না শাথিবা মওংদা তাংবা। যিভম চাদবা। নত্রগা মশা নহা ওইজববস্থু রাখলদি লৈবা মীতা।

মীওইবদি স্ববনা তংত্রিবমথৈ আশা লোইবা নাইদে :— মীদি থাশিদা ওইদে নোংমস্থু পুর্ণিমা ওইবকপগী আশা লৈ। মীওইবনা আশাগী মপালনা নুংঙাইথোকপা ঙমই। শিনি হাযবা কাওই। মীওইবনা অনিংবা খুদিংমক থুংবা ঙমদে। শিদ্রিফাওবদি থবক তু-নোপ্পা হোংনবা লেপ্পা য়াদে। শিবগা লোযননা মীওইবগী আশাগী অবোইবা যাহিপ ওইখি।

মী-হু চাবা মীদি মীখুৎতা লানগল্লি অমসুং চোপ্পা নংগল্লি :— মীগী থম্মোই শোকপা থবক তৌফদে মীগী ফত্তনবা অমদি মীবু খক চোত্রা খোক্লা হাযফদে। মীবু যেক্কবা থম্বা হৌনদে। যত্তবনা

হৌকববদি ফত্তবনা লোইগল্লি। (মী-স্থ চাবা মীদি মীথুংঙ্গা লানগল্লি, চোম্না নংগল্লি)।

মপুরোইবা লৈবা লুপী চংমিন্নবা তারবদি নহাক্কা মাংথারগা চংলু:— চংনবী মিংযেংগী ৱাংমাদা ৱাবী শাফদে। মন্না-মপু-রোইবা লৈবা লুপীবু মিং-যেং কারল্লুবদগী শোযবা যাওখিদবা নত্তে। নোল্লুক্না চংলু, চৈ-খনথমউ।

মীদি অহল ওইশিল্লক্লবদি অঙাং ওইবকই:—অহল ওইবক্তুনা পেং চোইবকলবা। মযামগা মান্নবক্তবা অনিং অনিংবা ৱাখল যাওদনা অঙাংগুম তৌবা থবক।

মকোক ওইবা মী ওইগে হাযববদি অন্না-অনা কযা খাঙবা তাই:— মীথোয-মীহেনবা মী অমা ওইগে খল্লবদি অন্না-অনা কয়ামকম খাংনা থবক তৌবা ঙম্নবা হোংনগদবনি, পুকচেলস্নু শেংবা ফৈ। মপী-মপা ওইবগী চিকোন-নাওকোনবস্নু ফৈ। থমত্রাংচাক্লা লাইনিং কল্লগা নোংইন ওল্লি। ইং শোক ১৯৬৯ দা আমেরিকানা থা লৈবাক য়ৌরুবে।

মখোয অনি চুহি মরুপনি:— যাম্না লুনা তিন্নবা, পুকচেল খোয়জেন মান্ননা থবক তৌমিন্নবা।

মাইবা শুমজিৎ হাযবা অহুনি:— অমস্নু অমস্নু ইযাওদা যাওবা। মহৈ-মশিংদি নিংথিন হৈতবা। লৈকাই অমস্নুং মফম অহুগীদমক্তা থবদি কান্নবা। লৈবাক্কী ওইনদি মীমাং থোকপা য়াদবা। নোংমগী থবদং ফংদবা যাদে খন্দুনা হোংনবা। থরদং ফংবা অহুনা চবা নোংলেন্নবা হোংনবা।

মীনম শোরি ঙাংতুনা লৈ, মমিংতা উযুল চাযশিনযাও খঙদ্রে ঃ— ওইদবা তৌতুনা মহাক্কী লৌজনাম পুজনাম খবদং যংনবা হোংনবা মচিল ংিবা ইকাই খঙদবা। মী অমনি হাযনা শিংথাবা যাদবা।

মতোইনবু নোল্লবদি মবুক কৈনো অমা তৌববনিঃ— মপুক লুবা মী, শিদশিন্নবা, তুথশন্নবা, শোন্থশন্নবা হৈবা অমস্তুং নোন্থ-শন্নবা হৈবা। মহাক্কী খুদোংচাবা লৌনবা হোংনবা। শোন্না শেনগাও লাকপা।

মকপ্পা মকপ হাংপনিঃ— যঙবা সঙ্গ তিন্নকবদগী অরাবা নংবা। যাম্না লুনা তিগ্নবিবা অদুনা মহাক্কী খুদোংচাবা যংনবা হোংনবদা অতোপ্পা মকপ অদুবু যেংদবা। মহাকপু থাজহল্লগা মমৈদা খুদোংচাবা লৌখিবা। থবক খুদিংমক থুউ-শেন্না থবক তৌবা কৈ। (মকপ্পা মকপ হাংপনি)।

মম-মম-মম, কুক-কুক কুক শিদবগী লাইরানিঃ— চাদ-থক্রবদি হিংবা যাদে।

মহাক চৈ কাবিঃ— তৌক-তৌকবা থবক্তা তাম চাবা, দাও যাবা। মাই পাকপা অমস্তুং মঙ্গল ওইবা। থবক তৌবা খুদিংপা মাপা চুম্বা।

মীনা মপাল ফরিঙৈদা লোইন-থমইন্না পিক থনবনিঃ— মীতুনা ফরিঙৈ মতমদা মহাক্কী মীনা লৈবিক-লৈরাক থম্না লৈ। মহাক্কী মী রাংতে।

মযামগী থবক্তি লম্লাই ওইনা থম্লদে :— মীয়ামগী ওইবা থবক্তু মনম্লাই ওইনা শুনিংদে।

মহৈ হৈতবা মীদি লমগী শাগা খেন্নদে, মহাও য়াওদ্রবা পুল্লিনি :— মহৈ হৈতবা মীদি মফম খুদিং চন্নবা য়াদে। মীনা মীত্থবু হত্থনা উই। মহৈ-মশিং রাংপদগী জ্ঞান, বুদ্ধি লৌশিং য়াম্না রাংলি। মশানা মী তিন্নবা কিজে। (মহৈ হৈতবা মীদি লমগী শাগা খেন্নদে, মহাও য়াওদ্রবা পুল্লিনি)।

মহাক্কী চাকথোং অসি মুং ফুংপগা চপ মান্নখ্রে :— মতম যাম্না চংনা থোং-থাকপা পাক লোইশিল্লক্কবা চংকদবা থবক্লা মতম যৌশিল্লকপা; চানবগী মক্তা ভাইবা রাবা।

মাদি মযামগী তাইনফম্নি :— তুশোন-মানশোনবা, তুহংপিবা মযাম লৈরিবা অত্থদগী থবা পংতক-শুদক তৌবা। পংলি-শাবি তৌনা, উশোক রাশোক তৌবা। একচিন্দা পাল থাবা যণ-লম মচিন্দা লৌউবা।

## য

যাথ্র তৌবা মীনা কয়া কুইনা থাংলুনি :— যোক-মোক তৌবা। মীগী মম্নিংতা উং চাইবা। ভহাক ভহাক্কী ওইনা ওইন্বা শিজিন্নত্থনা কুমহৈ ওইহনবা। ওইদবা অরানবদি কুইবা যাদে হেক্তা ফাবকই। মৈবু ফিনা কুপত্থনা থম্বা যাদে।

যাত্রাদা উচিনাও তোংবা :— ফত্তবগী খুদম-চাংদম অমন্থুং মাগী মাগী চংনবীগী মখা পোনবা। অহৌবদা ফত্তবা অমন্থুং

চৎনবীদা কাযবা। পুক্নিং ঙুংঙাইতবা নামুংবগুম থোকপা। অহানবদা ফত্রবদি পোলোইদস্নু কংকন্দে।

যন্ত্র মন্ত্র হাযবসি পুক্নিংগী থাজবগী মথা পোল্লি :— থাজবদগী লাযনা লৈবা ফাওবা ফৈ। থাজবগী মথা পোল্লি।

যুগ লোইরবদা উপায লৈতরে :— থাইনগী হন্নুমাল কল্লি হাযবা অচুনি। মতম অমদা মপাঙ্গল মথৌনা মরোশিং য়াম্না লৈরম্বা। খ্বাযনা ব্যবহার তৌনরম্বা মতিক-মঙাল লৈরম্বা অমা। মশাদা লৈবম্বা শক্তি পুন্নমক মাংখ্রবা অহল ওইরবা অমা। হৌজিক মবাই চাযথববা অমস্নুং পাঙ্গল থোক্রবা। ( যুগ লোইরবদা উপায লৈতবে )।

## র্

বাইক্কস হিংচাবীগা চপ মান্নখ্রে :— যান্না খেক-লাওবা, হা .না-তানবা কযা ইন্দবা। ইন্দ্রি ফুক্কুনা লাও-খোংবা মীনা মায় ওনশিন্দুনা রারী শান্নিংদবা অমস্নুং শৌ-শৌ লাংবা। তেনশিন্না লোইশিনবা যাকা রাহৈশিং অচুদা উবাও-থবাংবগুম তৌচুনা লৈবা। লৈশি-লৈথোনবা য়াওদবা ইংনা রাবী-রাতায় শাবা য়াদবা শক কনবী স্নুপী।

## ল

লম খুদিং চেংফু থমউ, ঙাকবাক থমউ :— লম খুদিংগী মকপ মপাং থমউ। সঙ্গ-পঙ্গ লৈবা মীগী মী রাৎতে। চাক চাকম

ব্রাৎলোই। মীপুম খুদিং চান্নবা তমউ। নংনা মীবু লুনা তৌববদি মীনস্থ নংবু লুনা তৌগনি। থুংশং-লমননি। ইখুৎ লাম্বোকলগা মীখুৎ লাম্বোকই।

লৈতাং পাৎতা তাবা উবোক অঙৌবনা মখোঙনা চৎনা মচিঞ্জাক থি :— শক ফজববস্থ চাদবা যাদে। চাবদি চপ মান্নে। মানা মানা লৈরিবা লম অতুগী হৱা নুংশিৎকী মথা পোল্লি। শকনা চাবা যাদে, মহৈ লৌশিংনা চাবা যাই। মীগী মবাইবক মশানা শেমজে। মানা মানা শুজ-নোমজবগী মহয মানা-মানা ফংজে।

লম্বী ব্রাদি ওইবে :— কবিগুম্বা হাযনিংবা ব্রাশিং অতু থেংন-বিঙেদা মতাং যেংতুনা হাযহৌবা। ব্রাফম অতুগীদমক্তা মতম অমুক কাইথোকউদ্রবা। ইবকজনিংবগা থোংগ্রা তেকপগা মান্নবা।

লুদা চঙবা ঙাগুম্নি :— নাম্বোক্লবগী উপায লৈতবা। হোৎন-বিবশিং অতুগী শোযদনা কান্নবা ফংলগদবা ইশোয শোযফবা থবক-শোযবা লৈত্রে খন্নবা। লৈপাক্তা খুতুম্না শুবগুম্বনি।

লাং-লৌ শিন্নতুনা লাঙ্গোই চনখ্রে :— যুক্তি তৌনতুনা খুতুম চনশিন্নবা হোৎনবা। নাম্বোকপা ঙমদনবা কোযশিন্দুনা থমখ্রবা। মখোযগী খুত্তগী থোক্লবা হোৎনবদা অৱাবা ওইবা। হ। শাজি নমাংদস্থ লাং নতুংদস্থ শা তানবগী তেন। কাল্লে ফুরে কানদ্রে ফুবে।

লৌশদনা কাবে, শঙদনা চুবে :— ব্রাখলদা দিহে কাবা। মমা মপা অহল-লমন ওইরিবশিং অতুনা মখোযগী মচা-মশুশিংদা যৎত্তে

মহু তৌরুগনু হায়না লোন্না কযা, যেংনা কযা রারকপা। অহল লমন্না হাযবিবা অহুগী মহোক্তা থবক অহু তৌরকপা। লৌ-দনা কাবে শঙদনা চুবে)।

লম্বেল অনি শুববদি চবা হেল্লি :—থবক তৌবদা পুক্লিং লৈতানা মপুং ফানা তৌবা ঙৈ। রাখল ফাংনা থবক তৌববদি থবক মপুং ফাবা ঙমদে। মথং মনাও নাইনা, পাল্লি খাযনা থবক তৌবা থৈ।

লাংমৈ থানবীগা চপ মান্নখবে :— মফম লৈবিবা জগা অহু শিনথুংনা কোযযৌ যৌবা। মফম অমদা পিং, মফম অমদা সং যৌবা। কোনথুং থুংবা। ক্লাইশনারে তৌবা, তং-তানা লৈতবা।

লোন্নবী পোক্কনী মমনা মচা শংবা কনা চিংকোন নাও-কোগন্দে — মমা পোক্কবীনা যোকপা মচাশিং, মচা ওইনা লৈবদা প্রেম থবা রাং-না লৈনা শেংবা নত্তে।

লংকাদা লাইঙ চাওবা — যান্না চাংনা লৈবা পোং। দবকার লৈবা পোং অহু মফম অহুদা মপুং ফানা ফংনবা।

লৈতাংগী থবোনা চাংজাংগী। থাইমুনা লৈহি চুম্না পাইবকপা :— মান্ন-মান্নবা তিন্নবগা হবাওনৈ অনম্বং ন্নুংঙাইবা ওইনৈ। পুন্সি লৈতানা ন্নুংঙাইনা লৈ। থাগা থগাগা ন্নুমি কা থম্বালগা।

লাইববগী মরুপ লৈতে :— শেলনা নক ঙই হায়না থনবা সমাজ অহুদা লাইববা শেল লৈজদবা মীবু হন্থনা থল্লি।

লুহোংবগুম চংলগা, মংগুমবগুম কারকলে :— তক-তনালনা ফিজেৎ লৈতেংহুনা চংখ্রগা নোংনা চোংতুনা চমোং চনৈননা হল্লকপা। অমনা লোৌবমদাইদা তেংনা মানবী খাযনবমদাইদা যোং মানবী।

লমকেং-লমহাইবা. লমহাইবী শবহেনবী ভিন্দাওবী :— লম-হেনবা, লমহেনবী থবক ওনিংদবা। শকতি যজবা, মনিলদি তাওবা লমচং যজদবা। লিংল মচেংকুম্বা। লমহন-তুহেনবা মীদি মীনা ম্নুংশিদে।

লৈতাংগী শবেং ব্রাইমৌগী চাহোন তোল্লাবা হানবীবনি :— মযমশিং অসি লাইনা থাবা প্রকৃতিদগী থোকচবা, ডাশিং অসি ঈশিং হেক চাওবগা যংবা অমম্নুং ডাশিং অসিনা লৈবদা যাম্না চুনবা মযমনি হাযনৈ। চিনথাং ৈনা লৈবকলবা ব্রাহৈশিংনি।

লল লৈবা মীদি মানা হেক পোকপা মচা যাওবা বিনৈ :— মতিক মগুণ অমম্নুং মহৈ হৈবা মীদি মবম খুদিং ইকাই খুমনৈ অমম্নুং ব্যবহাব তৌনৈ। মচা-মগু যাওবা লুনা খন্নে।

লাবা নথৌদাং নিপা ওইবা নশিননি :— নিপানা নিপা থোকপা ফৈ। লাবা ওইবা হৌনশা থবক খুদিং থৌনা লৈনা থবক তৌবা ফৈ। নিপানা নিপাগী মথৌ তৌদ্রবদি যুম পানবা ব্রাগল্লি।

লুদা লিন চঙবত্নু মডাংবে :— মতম অমদা থৌনা যাম্না লৈরম্বা, হৌজিক্না যাবা পুনবা ডহনা ফাজিনদুনা থমখিবা উপাই লৈত্রবা। পোন মম্নুংদা লোইবা উচেকুম্বা। খবা মথৈদি খু-খা কামলিবা। হান্নাগুম্না থবক তৌবা ডমদ্রবা অমা।

লম্মৈ চাকপদা যাওকরবা শানা নোংজবীদা থংই :— অমুক্কং খুৎথিখ্রবদি তুং ফাওবা কিক্লনা লৈ অমস্যুং থোই।

লৌথুপ-লৌকোই লৈতবা :— পুকচেল্ল ফজবা, শেংবা, মিথা কোথা হৈতবা মীতানি। মহাক শিধা-শিধিদা লৈজবা মীনি। ইতিং তিংনা লৈবা, পুকচেল্ল ফজবা মীনি।

লুখুম শেল থুযা শেল্ল খাযনা পাল্লু :— চেকশিন্না পানবনা অফনা ওই। লুনা খবা লাযনা খবা থমগনি। নুংগী অমস্যুং পালগী খ্বান্না চৎপা কৈ। মীথুংতা শেল থমববুদি ইথুংতা লৈবনা কৈ।

লাইশঙ মনা নকপনা লাইনীংদে :— নন্না লৈবদগী থওইদবা অমস্যুং কোমথোন্না লৈথোকপা।

লমহুই লৌশিং :— লৌনম (ওইদবা) লৌশিং তৌবা। মশাগী কান্ননবদা হোৎনবা।

লৌপোন্নবা খৎনহনবা মন্নাও, যুম্লোন্নবা খৎনবা অঙাং :— মীগী পুক্নিংদা শাওনিংনবা থবক তৌবা, জ্ঞান যাওদবা, অনিং-অনিংবা থবক্তা তৌবা। অপু-নবা অমদা থবক তৌবা।

লাইবক-শা তিন্নবদি অফবতা ওই :— থবক তৌমিন্নবদা পুকচেল খোইজেন তিন্নবা, অতেক-অকায লৈতবা। অফবতা ওইবা। পুন্সি তোলোযনা ইংনা পানবা যুমলেপ চাব তস্থা মতমদা মুপা নুপী লাইবক-শা তিন্নবদি চাদা-লৌদানা পান্নে হাযনৈ।

লাইবম লেনগী ৱাবু মীবম লেনদা কবি কান্নগনি ঃ— মীওইবনা নহানমপোক অমস্তুং হযেংমপোক্কী মবমদা যাম্না থন্নবগী কান্নবা থোইনা ফংলোই। মবমদি মসি মীওইবগী খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈথ্রবনি। অচুনা হন্দক্কী মপোক্কী অফবা তৌবা অমস্তুং মচুগী ফলনা মরম চানা নুংঙাইনা পান্নবা হোৎনবনা ফৈ।

লাইরম-চুদংনবা নীদি হৌনবস্তু খঙবা হৌনদে ঃ— অশোনবা, খঙজদবা, হৈজদবা অমস্তুং শাজং লানবনা মরম ওইদুনা ৱানা নংনা লেনবা যাই। মক্কা অশোইবশিং আসনা মরম ওইদুনা লাইচুববা নী অচুনা সমাজগী হোন লোনচংস্তু থংগন্দে।

লযুনা মচি কাবা হোনদে ঃ— যঙবা মবমদগী হোৎকপ ননা মতিক চানা যবা যাদে। মপা-মপু কৈবাক থানকতনা লাইরম চুদংনবা অমদা শেনজাও-পোকচাও শিন্নকুববদি মপুক মাপবা পাওদবা নত্তে।

লাইবমদি থৈবা যাই, চিংলমদি থৈবা যাদে ঃ— অহল লমনা শিজিন্নদম্বা ৱাহৈনি। লাইদি চুম্না হাযজবগা যাই। অদুগা নৌ অমস্তুং জীব অতৈদি চুম্না হাযজববস্তু যাদবা যাম্না যাওই।

লৈবু মতম লৌনগা শাংকন্ন হাযনা থিংবা ঙম্বরা ঃ— প্রকৃতিবু থিংনা হাংবসি ৱানা থোকই। মাগী মাগী মতম্না য়ৌবকলদদা থিংবা ঙমদে। ঈশ্বরগী খুদশেমনি।

লুহোঙ খোঙথাঙ থাংদুনা লৈরে ঃ— মপোপ কাযদনা যাম্না তপ্না চৎপা। থবক অচুনদি য়াম্না থুনা ওইবা নংনবক্তবা। (লুহোঙ খোঙথাঙ থাংদুনা লৈরে)।

লায়না যংবা শেলদি লায়না চংজি ঃ— হুমাং-মল নত্তবা শেলদি থোইনা লুনা খল্লুদে। শেংনা কান্নগদবা নবমদা শিজিন্নবা ঙমগন্দে।

লৈত-লৈতনা হোংনবীডো। হাও চাখোমজাও তবেৎ থুংলৈ ঃ— অন্নাবদা অন্নাবা হাপচনবা। লুকোবপদা লেন তাবা। লায়বৎদা লাইচংবা।

লুকোবপদা লেন তাবা ঃ— অন্নাবা তাত্তুনা লৈবিদৈদা অন্নাবা হাপচল্লকপা, তৌবিবা থবক্কুগী মথক্তা অভোম্বা হেনবন্নবা দাইতো ওইবা অমুক লাকপা, থাদোকপা যাদবা অমা ওইবা। (লু-কোকপদা লেন তাবা)।

লমযেল পাংতা তাবা উবোক্তু লাংগোল শীংচনবনা খঙগনি ঃ— লম অত্তুদা থোকপা থবক লম অত্তুদা লৈ। মীনা হেন্না মুন্না খঙগনি।

লেবী নাবত্থু মঙাববে ঃ— মথং মথং তোয়না লাকশিল্লবপা ইবেপ লেপতবা। লৈপাক তোবগা লেপ্তুনা খুংথাং পিনব্লকপগুম্বনি।

লেম্না নিবা মীনা অপাম-পামদা থদবা যাববা ঃ— দরকাব ওইবা পোং লৌবদি পামবা, মমল পিবগস্তু লৈনিংদবা অবিবপা অমা। অবেম্বা পাম্বা মী। লেম্না পিজনদি নুংশিৎ কাবা যাওবা চাবা যাওই হায়নবিবনি।

লৌশিংনা পাঙ্গলদগী হেন্না কল্লি ঃ— লৌশিংনা শামু থাই। মীওইবগী ব্রাখল অমস্তুং লৌশিংনা অচৌ-অচৌবা অমস্তুং যাম্না লুনা

থোকপা থবক কথামকুম পাঙ্গলনা তৌবদগী হেন্না পাঙথোকপা ঙমই।

লম-লমহুগী যাননবা চৎপা তাবে :— লৈকাই অমা লোনচেৎ অমা, লৈবক অমা শৈশক অমা। মাগী মাগী জাতিগী চৎনবী লৈজে। পুম্নমক অসিনা পুনশিল্লগা মীওইবা সমাজ অমা ওই। মালেমদা লৈবিবা মীদি মীনি চপ মান্নে। মাগী মাগী ধর্ম্ম চৎনবী থেৎনবদনি। (লম লমহুগী যাননবা চৎপা তাবে)।

লান-ফমদা থাং ব্রাইবা, শা উরগা তা নিংশিংবা :—চৎথোকপদা তৌগদৌনিবা থবক অহুগী চংগদবা থুংগু-থুৎলাই যাওনা চৎতবা। থবক থৌওংগী মতুং ইন্না মচাক-মথুম হান্ননা লাংশিনগদবনি। থবক খুদিংগী ব্রাগল মমুং তানা থল্লগা তৌবা ফৈ।

লল হাযবসি মশা পাল্লি :— মী-মীগী নোম্বগী মতুং ইন্না লল লৈ। অ নবা জগৎনি। মপা মপু হাক্কক্তা ইনাক-কৈবাক খুল্লম্বা মচা মগু-হাক্কক্তা হাইথবকপা যাওদবা নত্তে। শেলদি ঙসিনা ঐগী ওইবম্বা হযেংনা মীগী ওইখি তমস্লুং হংচিৎনা অতোপ্পগী মখুংতা লৈখি। অসুন্না কোইনা থুনা চৎলি। (লল হাযবসি মশা পাল্লি)।

ব্র

ব্রাংবল শ্বাইবীগা চপ মান্নথবে :—শ্বাই হেক্তা মাংবা, কবিগুম্বা থবক অমা তৌবদা পুক্রিং চংনা থবক অহু তৌদবা থবক তৌবদা মথুন চেংতবা অমা।

ব্রাধাম ঙাংলবদি অবানবা যাওবকই ঃ— মক ওইবা ব্রাফম খবদং ঙাংবা ফৈ। ব্রাকোই শূববদি ব্রাকাই যাওবকই। থবক দায়া চৌমল্ল স্থু অশোযবা যাওবকই। খু-উশেন্না নিং-মাং য়েংনা অমস্থুং চেকশিন্না থবক তৌবা ফৈ।

ব্রাদনা ন্থুংঙাইবা লৈবনা ঃ— ব্রাদনা ন্থুংঙাইবা হিংবা কযা লৈগনি। পুন্নমক শু-নোম্বগী মখা পোনবা ঙাক্তনি। অতুম্বা নোংশাগী মখযাত্তা শজি চংলুদে।

ব্রাঙাং থুদিং ব্রাশকপা (শাবি শোনবা) হৌনদে, চিন্দুং ইনবনি ঃ— তুংদা থোক্কদবা থবক কনানস্থু শেংনা থঙবা ঙমদে। অদুনা শোযদনা তৌবগনি হান্দুনা ঙাংথোকপা চুমদে। কন্না শোযদনবা হোৎনগে হাযবদি যাই। শোযদনা তৌবগনি হাযবদি হেনমনবা থোক্তুনা চিনথিবা তাগল্লি। হাযোকখ্রবা ব্রা লেন্না মাংদে। শিংতোকখ্রবা তিন হনজনবা যাদে।

ব্রাবেম ঙাংদুনা শঙ্গোল শাবা ঃ— কান্নদবদা ব্রাবেম ঙাংদুনা মতম মাংহনবা। ব্রাফমশিং অদু কান্নগদবা বুদ্ধি লৌশিং ওইগদবা নত্তবা, অবেম্বদা অময়া কাদুনা মতম মাংহনবা। ভাবনা দোলাল শাবা দশানা নিংথাযবা।

ব্রা ঙাওদ্রবদি য়াবে হাযনা লৌবা তাবে ঃ— ব্রা ঙাংনবা পাল্লিবা চিলনি অফ-ফত্ত পুন্নমক ঙাংবা তাই। যানিংবা অমস্থুং য়ানিংদবা মোত অমাদ ফোংদোকপা ফৈ।

## শ

শেলনা যৈবা মথা শাই, শেলনা মী মাংহল্লি, শেলনা মী ফহল্লি ঃ— মীওইবনা শু-নোম্লিবা অয়াম্বা শেল ফংনবগীদমক্তনি।

হৌজিক্কী মতমদা শেলনা তৌবা যাম্না ঙমই। শেল লৈববদি অরাবা কোকপা শেল লৈত্রগনা কাহেম্না রাবা থোকল্লি।

শগোল লৈযোনবগা চপ মাম্নখবে ঃ— মপুকচেল লেপ্তবা ওননিং-ওননিংবা মাযকৈদা ওনবা। লংঙৌ ওইগে মনিং, ফিঙৌ ওইগে মথা। অওন-অওন চাবা। নত্রগা তন্দুনা শুনিং-চংনিংদতুনা তন্দে মান্দে লৈথোকপা।

শেলনা শেন তাল্লি ঃ— লল্লোন-ইতিকপা অমসুং থবক থুদিংমক শেল যাওদবা য়াদে। শেঙ্গাওতুনা তুমতুনা লৈবা শেলদি মচা পোক্তে। শেলদি মরম চানা শিজিন্নবগা মশিং যামখৎলকই।

শঙ্গোম্না মাথল ওনবগুম্না অপাম্বনা অশাওবা ওল্লি ঃ— ফনবা হোংনবদা ফত্তবা ওনবা যাওখি। লাল হৌকদদা মওং চাহৌদতুনা মাইথীবা থোক্তুনা মবোল-মবাং তাকপা যাওখিদবা নত্তে। অপাম্বা কল্লকপা অমসুং মিহৌবনা থুমহংখিতুনা মমৈদা অমাংবা ওইবকই।

শেল তানবদি কৈথেল কাবমুক লাই মওং চাববদি, চাদিং তৌবনি খ্বায়দগী মরুদি ঃ— চাগা ( চনিং ) যেংনা চাদিং তৌ। শেনথোক ( ফংনবা ) হোংনবদি পাঙ্গল ফরগা লোইরে। ( লক্ষ্মী ) কৈথেল কাবৈ। শেলবু চেগাযদৌনা শীজিন্নগনু। চেকশিনল্লগা

চেক্কী যুম শাই, ফাদোকলগা ফাবা শাই। (শেল তানবদি কৈথেল কাবমুক লাই মওং চাববদি, চাদিং তৌবনি খ্বাযদগী মকদি)।

শেন্দাং মচাগা চপ মান্নখবে :—চাগে-থক্কেদা মহায়বা শু-নোধদি কযা যাওনিংদবা। পুক-কং থিবা অমা।

শেলনা মিং তাংহল্লি :— শেল লৈবদি থোকপা যাবমথৈ থোকপা যাই, থোকপা যাবা ওইববদি। শেলগী হেংহুনা অচান-মিরায, মিচং-মিথায নাইনা থবক তৌবা যাওদবা নত্তে।

শংলাকপীগা চপ মান্নখবে :—থবক থুদিংমক লোইনা শুপনিংবা অমম্বুং অশিন-অবাং শানিংবা। খেক লাওনা রা ভাংবা। মথুণ যাওদনা অখং-অহৈ শাবা। (শংলাকপীগা চপ মান্নখবে)।

শাদানবনা মচা যাথ্রবা শক্তি অমোম্না উপাই লৈতহুনা চোং-ফন্না অরাবা খাংবস্তু মচাইরে :— মচা-মশু, মন্না-মপুবোইবা কাইনবগী অন্নাবা ওইবা। উপাই লৈতবশিংবু অওম্বা, অকল-অথৌ-শিংনা শাথিবা মওংদা ওং-নৈবা। মাযাগী জগৎনি মপু-ঈশ্বর মহাক্কী কুমহৈনি।

শাবৌ শীন্দুনা রা থোকপা :— অমগা অমগা চুংশিনদনবা হোংনবা। যুক্তি তৌবা, লৌতুনবা। শোকু ননা শাবৌ শীন্দুনা মচিন মনাও চামা-মচাবু অচৌবা রাথোক ওইহনখি।

শা-মরক ভা মবক মীবা-লাম্বা ওইবা :— মথোং চুক্কবা মানা তৌগদবা অমদা অতুম লৈবা। মীথানবা যাদবা মীনি জ্ঞান খবা

ৱাংপা। মাগীদমক পাম্বোম তিংবীনবা খবা ৱাংপা। মীওইবা অমগী লৈফম থোকপা লৌশিং খবা ৱাংপা। মাগীনি হায়না হন্না যেংবদা মী লৈতবা। লমজা শাবা মথোং-মৰম খঙদবা।

শগোল শফমদা কুনবা হুইনিদা :— মশাগী কান্নবা থবকস্মু নত্তবা, অতোপ্পগী কান্নগদবা লৈজবমুস্মু থিংবা। মীহৌ-চাওবা অমা।

শামু চাজেননি ;— নাওবোল চাওবা। ইনাকথুনবা চাবোক ওইবা।

শাবীনা মপাল ফবিডৈদা কে-হুম কে-হৌগে ঃ— মপুবোইবনা যাইফবিডৈদা মুংডাইজহৌবা। মন্না-মপুনোইবগী মপাল নোক্লা চায, মচাগী মপান বপ্পা চায।

শাবুক ঙাবুক্লুম্বনি ঃ— ৱাখল হঙদবা। পোকপদা যাওবকপা নৌশিংনগী হেন্দবা। অফ-ফত্ত খঙদবা।

শেন্দি মখোঙ পান্না চংলি হাযনন্দিবনি ঃ— শেলবু লৈরবদি ৱাখল মখল-মথেন, বুদ্ধি লৌশিং পোক্লকই। শেল শিজিন্নবা হৈত্রবদি থবক ৱাযোং পোক্কে। শেল লৈববদি চংনবগী থবক লাক্কল্লি। ৱাখল তৌনা মফম চানা শিজিন্নবা ফৈ। (শেন্দি মখোঙ পান্না চংলি)।

শূদনা পানবা (ঙৌবা) ফিগুম্মী চোইদনা ঙৌবা চেংগুম্মী ঃ— ময়াম মবক্তা অফবদি তোমখিম (ঙোল্লকই) ফাওরকই। মৈবু কিন্না কুপ্পুনা থম্বা যাদে।

## ষ

ষণ হন্নুবা উকায তক্লবা ঃ— অহল ওইববা ফাওবদা হেঙ্গিন্না থবক তৌবা। থোনম্বী থোনম্বা হাযত্নুনা থবক অথু অত্নুম্মক তৌবা। (ষণ হন্নুবা উকায তক্লবা)।

ষণ হাংলগা খোঙউপ দান তৌবা মীনি ঃ— অমবোমদা অফবা শাবা, মপুক যত্তবা মী অমা। মাইগী অমতা যেংবা অমম্বুং রাখল খম্নদবা মী। য়াম্না মাংহনবনা হেনবা। উৎ চাইত্নুনা থরদং বান্নবা উৎপা।

## স

সুন্দা সুন্দোবী শকপা ঃ— অবেম্বা কান্নদবা মফমদা থবক ওইনা তৌত্নুনা লৈবা। মযেক যাওদবা ইশৈ শক্তুনা মন্দা মুং-ঙাইত্নুনা লৈবা। লৈচিলদা তেল কাপ্পা মুদিংতা মাংজোং চোংবা।

সুনিংদনা অতনবনা মবম মোক্কে-মোক্লবদা চাক্কচা-মাং ফাওদমি ঃ— থবক তৌবদা তুং বোইদবা, মপুং-ফানা থবক তৌদবা। তৌশ্লিবা থবক্তুদা মথুন চেৎনা যমত্নুনা তৌদবা অমম্বুং অহানবদদি মাংজিল থারুবা, মমৈ তাদবা থবক্কি। হৈনিংলগা কৈমাং হিপ্পা। হৈমিংদ্রগা কৈনিং হিপ্পা।

স্বর্গ থুংনা লাম্বা ফংবা ঃ— অহল-লমন, মপা-মমানা মচা মগুশিংবু শেম্বী শাবীবা। মচা-মগুশিং অত্নুনা অহল-লমমবু থুযা তুশিংনা ইংনা শান্তি ওইনা লৈহনবা। অহল লমনদগী হেনগৎনা

হোৎনখ্রবা অহু অফবা ওই। মচানা মগুনা শাগৈ-নাতৈনা ফবগা জাতী অমস্থং ফুরূপ অহুগী অফবা ওইবা। মহাকপু খ্বাইনা শিংথানবা অমস্থং থাগৎনবা। (স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবা)।

ছ

হৈথোই-শিংথোই চৎখিবা ফনেক খোংদাই শেৎর্তুনা পাল্লি; হৈতে-শিংদে (পঙই) চৎখিবা যিগে শেৎতুনা পাল্লি:— মীওইবগী লাইবক তম্বা ঙমদে। ইনাক খুনবা মউ লিংবা নত্তে। লাইববা মপাল থাবা নত্তে। পঙবগীস্থু পঙনা শিংবগীস্থু শিংনা লাইনা (ঈশ্বরনা) তম্বা হেক্তা লাকই। মানা মানা তৌবা বর্ম্ম (থবক্কী) ফল মহয মানা মানা ফংজৈ। মীওইবদি খুবাক খুংনমদনি।

হৌদোং হোবৎ পেন্দবা মীতিন্নবা লুই:— ওইবোইদৌবা পোৎতা হোংনবা কান্নদে। মমায কনবা, ইকাই খগুনবা, ব্রা ঙাংবদা মমায় ঙাংব্রবা মীদি মবিলস্থু তাওই। হোংনকবদা ওইবোইদৌবা, কল্লা মপাল সনা থাবা। মথৌনা নৈত্রবদি থবা ব্রাগল্লি।

ছমনি নারোং চংলক্রে:— হেনগৎপা যাদবা। লাই চথেৎপী চংলকপা। মযম-মবাং ইখগু খগুদবা। মকপ-মপাংশিং অহুস্থু থাদোকপা যাদবা হোৎনকবগীস্থু শিংথাবী বা। বিঘিনী হেক চংবা। দশা ফণ্ডবদা ব্রাইরু পাইশিনবা। কান্নবা যংদবা।

ছিগোক থোকপমথৈ ব্রাবা:— যাম্না শখিবা মঙংদা ব্রাবা। থাঙবদা ব্রাবা।

ইঙ্গায়রাদি লায়বনি, চিনগায়রাদি লুবনি :—মীনা শাওনিংনবা রা ভাংবা। মীয়াম তিল্লগা রাকায ভাংবা। চিন অথুবনা নম অপাকপা য়োনবা। ময়াম পুম্নমক্না রাহু তাইশিন্নহুনা যানহুনা লৈরবা, অমনা হেক হৌদোকউবা নোং চুরগা থিগং পোকথোকপগুম থোকপা। নাচল মথীনা পাহোম্বা।

হৃদিবু শেঙলবদি ভৃগু মুণিদম্ভু ঈশ্বর ফংখি :— পুক্লিং শেংনা থবক তৌববদি মমৈদা অফবা ফল ফংগল্লি।

হেলোই (লমলৈমানা) পুবহু মঙাইবে :— অপু-নবা অমনা পুবা। মী খ্বাযগা মান্নদবা শোনো-কোনো তৌবা। অঙাও-অফৈগুম্বা মিহুন চোইবা মী। মহাক্না খল্লিবা তহুদা নিংহ্না অহুম লৈবা। তক-তনাল লৈতবা অমম্ভুং যুরাওনবা মী। রাখল থনবা মানবা মচি-ময়াদা চপ-চপ লেপকনবা।

ফুংনাক রাবী মতেক :— থাইনা মমাংডৈদা থোম্বা কৌবা নিপা অমনা হেলোই কৌবী হুপী অমা মথরাইনা তানা (পামজনা) কোযজবমই। হুপী অহুনদি থোইনা মহাকপু খনুদে। থোম্বনা মতম শাংনা চহি অমা অনিরোম কোযরক্লবহুদা হুপীশু রাখল অমা তৌবমাল্লে। তাঙ্গা অহুদা অহল অমনা হেলোইগী মাযোকন রানি হাযনা রাবী লিবা হৌবে। "শোবাম্নেলগী হেলোই অরেংকী অতোনবীনা নৌকা নৌই, নৌবা খোন্নৌবা তেক-তেকই তেক-চারাক্ত ইফুবী মিংলুবী ইবেম্মা নংনা থোংপগুম থোংচগে নৌবগুম নৌজগে" গুরুনা হায়বা লাইরানি। মহাকম্ভু মহু থাজরে। মমৈদা হুপী

অহুম্ব যানবহুনা। হৈজিং-খবাই পুহুনা হৌনবী মতুং ইম্না শুহোংহুনা হুংঙাই যাইবী মরাং কাযনা পানথি হাযনৈ। মমৈদা নিপা খোম্না অহু মুপী অহুনা মযুমদা পুহুনা চংথি হাযনৈ। অহল-লমন মপা মমা পুন্নমক লৈহৌরে। (হেলোইনা পুবহু মঙাযবে)।

হোযরোং খোক কেগে নম:— যানিংদবা থবক্তা ব্রাচোপ ঙাংলকপা। মতিং চোংথোক্তুনা ঙাংলকপা অমা। জুগোৎচাদবা ব্রা নত্রগা থবক খোকপদা জুগোৎচাদবা ব্রা নত্রগা থবক্তা মেনশিন্নবা হোৎনবা।

হিং-মুক তাংখবেনা:— দবকাবদি যাম্না লৈবা, পোত্তি থিত্তং ফংবা।

হুই খৌদবা খৌজিনবহু মঙাযবে:— যানিংদনা অমম্ভং কিথি-কিরুম লৈববমক্তদা থবক অহু তৌকবো হাযহুনা ইনশিনবা।

হৈরবদা চন্নদবা লৈত্রবনি:— থবক অহুবু হৈরবদা চন্নদবা লৈতে। অফবদি মফম থুদিং চন্নে।

হাওবদা থুৎপি চিকপা:— চানবা পোৎশিং অহু মচল চানা শেম-শাহুনা চাবদা নিংথিনা হাওববা পোৎ।

হুইনা শক পাম্বা:— মযামগী শাধাবোল ওইনা পাম্নহুনা লৈরিবা অসিদগী খবা হেনজিলন্না পাম্বা।

হৌনা-লম্বী কাযফদে, যেক-শল্লাই লৈতবা যাদে:— ইপানা ইপুনা চৎলম্বা অফবা লম্বী চৎপা ফৈ। ইপানাৎ ইপুনাৎ কাওফদে। শাগৈ-জাৎ খওদবা যাদে। মরি-মতা ঙাই-শেল তৎনফদে।

হাও নাতংপা :— মরিংজেল খাবা। হাযখিবা ব্রা হোংদবা।

হঙোই ঐখোযনা পোকইবা ইচাশিংশিবু লিলহা নখোয়গী হবাওনবরা ? :— ময়াম চংহুনা থবক তত্থ ফনবা হোংনবা। অঙসা অমা লাক্লগা থবক অত্থগী মবমদা মনা লৌখিবা। মযায়া মপাঙ্গল ব্রাহুনা তোকহৌবা। লাইববশিংগী মিচং লৈতবা। লাইরবশিংনা ও-নোমলগা ইনাকখুনবগী শেনগাও চোনবা।

হুবানবদা শো শিন্নবা :— মীওইবনা তৌবা থবক পুম্নমক ব্রাখলনা লমজিং ওইবগা তৌই। অবানবা তৌগে খল্লম্বা ব্রাখল, মাগী অপাম্বা অত্থ ফংলবদি তৌদে।

হৈবোংনা হৈরুক শেম্বা :— লৈবাক্না চংনদবা থবক তৌবা সমাজ অত্থগী চংনবীগী ব্রাংমদা থবক তৌবা।

হি হৈতবনা তুবেল ব্রাংমা লালনিংবগুম্বা :— মীনা থবক পাঙথোক্নুনা নুংঙাইবা উবগা মাস্থ যাম্না পাঙথোক্লিংবা অমস্থং মহয চাবা পাম্নকপা তৌইগুম্বস্থং থবক অত্থ পাঙথোক্লবা তৌবদি হৈতবা।

হনচক-ঙাচক শাবা :— অমদা কোক, অমদা কাক তৌবা। চগৎ-চগৎ তৌহুনা যেৎ-ওইদা কোযথুং থুংনা চৎতুনা ব্রাকায ঙাংলুবা। ব্রাহৈশিং অত্থনা মাইকৈ থুদিংদা অকাযবা ওইবা। মিথিংগায ওইবা।

হুবানবগা মপুগা মপুনা নোবোক তায :— পোৎ মাংগ্রগা হুদবা মীদা চিংনবা। কনানা অমস্থং কবম্বনা হুবমগদগে থন্দুনা অমস্থ-অমস্থ মপুংক্লিংদা ইচিং চিংনবা।

## য়

য়াহৌ থেংবা মীনা মীমান্নবা রাগল্লি :— থবক খুদিংমক মতম লৈরিদৌদা মাং-ওইননা হোৎনবনা খ্বায়দগী ফে। খোওহৌ থেংহৌবদগী মীনা লমজেল থোয়খি। অফবা থবক খুদিংমক মাংজিল থানবা হোৎনবা ফে।

য়ুমথোঙগী নাশি য়ুম্বুরেন্না খণ্ডবনি :— য়ুম্বুবেল ওইবিবা অতুনা ইমুংহুগী অৱাৎ-অপা খণ্ডবা ওমই। লোযশংগী মকোক ওইবিবশিংনা লোযশংগী অৱাৎ-অপা খবা মথৈ খণ্ডই। অতুনা অখণ্ডবনা কুপনা অমম্বুং চেকশিন্না শোইদনবা শিনবা ফে।

য়াম্না শোযবমক নত্রবদি ইপাগী-ইপুগী অতুম্বলক যেংউ হায়বা লৈ :— ভাকপিবা হায়বসি মীওইবগী ধর্ম্মনি। শোইবা হাযবা অসিমু মীওইবগী হেনফত্রবা অশোনবনি। তৌগে হাযনা তৌবা নত্রবদি ভাকপিফম থোকই।

য়ুম্বালবা মুপীনা মপুবোইববু লাইগুম্না নিংতুনা সেবা তৌবা হৈবদি খুত্থম-চন্না পানবা ওমই :— মুপীনা লৈশি-লৈথোন্না রা ভাংবা ফে। থবক তৌবা মতমদা খমত্রাৎচাক্লা লৈপাক্তা চৎপগুম তৌগদবনি। নোঙ্লুকপগা লোযননা থবক তৌববদতা মরা-মপুরোইববু খুত্থম চন্না ওমদবা নত্তে। কনাদা তাই লাদা তাই, পেমা ফুংনাক শংবী। থকসি-খাসি খভনা চৎপনা মীওইবনা পুম্নমকপু জয তৌই।

যেংহৈদবা যেংবা ফত্তে, চাহৈদবা চাবা যাদে :— চংনবীগী খ্বাংমদা থবক তৌবা যাদে। চাক্ষদবা চারবদি হকচাংদা তিনথুং-লাইথুং পানগল্লি। মিং-যা পুন্সিদবা থোক্কল্লি। যত্তে হায়বা থবক তৌযদে।

যেকমদা হামোক তৈবত্থু মঙাযবে :— মোংপদা পকচববা। অঙৌবা কুচুদা অমুবা হামোক তৈবা, যেংবদা যজববা, ক্কান্না মোংবোক চেনবা। কুচু অমুবনা অঙাংবা ফিজেং-যিবোল শেংপা পকচদে।

যুম্নাক শাগৈ, জাৎ কুচু লৈতবা য়াদে :— শাগৈ-জাৎ 'হৌবকফম খণ্ডবা যাদে। মপা-মপু হৌবকফম মতুং ইন্না সমাজদা অত্থুমক উৎলকই। সমাজগী চংনবীনা খ্বায়দগী মকনি। সেবোংতা মাইবেল পানদে। ইজাতি বিজাতি লৈগনি। পুম্নমক অসিনা পুম্লগা সমাজ ওইবনি। ঐখোয় পুম্নমক হিংমিন্নগনি।

যুম মৈ চাক্লিডৈদা ইমন থিবা :— অন্নাবা তাত্থুনা লৈবিবা ইমুংত্থুদা মশাগী ওইজবা থিবা। মীগী যেংদবা মশাগী বান্নবগা লোইবে খনবা মী অমা।

যাবী যাখোঙ থুম্বমথৈ চাবা :— যান্না নিংথিনা মবাং কায়না হনাও-হনাওনা চা-থবপা অমস্থুং নুংঙাইবা।

যাম্থুং য়াম্থুং ইনাও ইনাও হাযত্থুনা যান্নৈ :— মচিল-মনাও নুংশিনবা ব্রাৎপা। অচাও-বোল পামবদগী মরি-মতা নুংশিনববা হণাস্থু যল্লুপ পুবা লৈ। মীদা মীকোক থোংবা পান্থা শক্তি পুম্নমক পান্থদগী অশোনবা লোইনং শিংখোঙ ওইববু ইনথুবা।

য়াবল পাংতা শাংপা লৈ, লফেল পাংতা ওংবা লৈ, শিবোয় চীংদা শাংপা লৈ উখ্রুল চীংদা ওংবা লৈ :— লফেল নরা কোনবীরৈ উখ্রুল-শিবোয় লি-ল্লি মালেম অসিনা মুৎত্রিবমখৈ লৈরগদবা মপু মাগী থুংশেমনি। ইতিহাসকী লেংযত্রবা মফমশিংনি। প্রকৃতিগী মফম অইং-অশাগী মতুং ইন্না লৈবা অমস্যুং হৌবনি।

য়াংবী কাবগা ষণ-ক্রম চৎলু :— অযাম্বা মতমদা অতোংবদা লেপনবদা হোৎনগদবনি। থবক খুদিংমক মকোক ওইনবা হোৎনবা কৈ। অচুম্বা ওইরবদি চংনবীগী মখাদা থবক তৌগনি। অচুম্বতনা অকবা লম্বী পুবকপা ঙমই। ষণনা অচুম্বা চৎলি, মখোযদা ভেদি-ভেদা খাযদে। মকোক ওইবগা অচুম্বা চৎপা কৈ। অচুম্বনা জয় ওই।

যোংনা তিন্থোক পাযবা :— যাম্না হৈনরবা অমস্যুং তনদে-মানদে থবক অদু তৌবা। থবক অদু তৌবদা য়েংবদা মিৎ নাবা অমা।

যাম্না চাবা মীদি পঙবনি :— মতিক-মপা চাদনা যাম্না চাবা মীদি শিংগন্দে।

যু থকংদা লুপ্পা :— যু কা-হেন্না থকপা মতুনা মাগী হৈনবী ওইবিবা। যুদা হেক্সিনথ্রবা, লাইচুববা অমা।

য়ুমনাক শাগৈ যামত্রবদি পীবা চাওবা য়াদে :— পাবটি অদু মী য়ামত্রবদি মকোক ওইবা চাওবা যাদে। মী যামলগা কান্নবা মতম লাকই। অপিকপা ককচেং মযাম্না সিংজেল মান্নবদগী

অচৌবা তিন্থে্াক পুহ্না চংলি। মীদি মীয়ামনা যাবনা মকোক ওই।

যেন্থীনা যেম্লাও কোনবগুস্বা :— মকোক ওইবিবা অহ্না মখাদা লৈবা মযামবু কদাযদা শোযখিগদগে হাযহ্না মিকুপ নাহুম শিংনা যেংশিনবীবা। মমানা মচাশিংবু কদাযদা শোযগদগে থন্দুনা শেন্নবা।

---

নৈরেং মতেক

# মণিপুর

চীংলোন মাপলনা পনশাবী
মণিপুর সনা লৈপাক্কি।
ফজবী মাইথোংনা তম্পাক্কি
চীংমী তম্মীনা লৈতেংলি।
লাইগী লৈপাক ওইরিদো
চীং-তম উমংলাইশিংনা খুন্দাবিদো।
ঋতু তরুক্কা থৌগনবীনি।
"লাই-মতোন ফৌরুংবা
লাইগী লৈপাক ওইরিবা
চীংঙ্গু-হুংতা ইথৈবা
শিবা মহাদেবনা
কৌব্রুনা লেনফু ওই
কংলানা খোইদৌ ওই
লোক্তাক সনা তেংঙ্গোংনি
লোক্তাকনা মিংশেল ওই
থাংজিংনা উফম ওই
উমু মতৈ মনাওনা
হুমদং হুপনৌ মথক্তা
গো-গা গো-গা খোংইদো
চীংদা লৈবা জীবনা।
চীংনা থাক্কি,
তম্মদা লৈবা জীবনা
তম্মা থাক্কিবা।
মণি থোকপী লোক্তাকনি
জীবশিংগী চাক্তাফমনি।
য়াইফবী ইমা মণিপুরনি।

# ৱারী মতেক

তাতোন:— মালেম অসিদা শান্নবগী খোংজেন কন্না তান্নবক্নি। অসিনা নুংশিনবা অমসুং অপুনবা মকপ ওইবদা মতেং পাংলি। মসিসু চুম্না শান্নবগদি অফবা ওই, হকচাংসু ফৈ। নিয়ম লান্না শান্নবগদি লাল ওইনি মবাইবক শিবা যাওবক্কনি। মীশিংনা শান্নবদা মকোক থোংবা অতোংবা লেপ্পবা হোৎ-নবকপদা মণিপুরবগীসু শরুক যাবা ওন্নবা হোৎনৈ। হান্না লৈবক্কী লম খুমন লম্পাক শান্ন-পুং ওইবে হাযনা শোক ১৯৮৫-৮৬ ইংদা বেন্দ্রগী রাজ্য মন্ত্রি শ্রীরাজ কুমার জয়চন্দ্র সিংহনা মীযামদা থংহনখ্রে। মণিপুরগী হান্নবা লৈজবম্নবা মশান্না শগোল কাংজৈ, মুন্না-কাংজৈ, থাং-তা কাং শান্নবা অসিনচিংবনি। পৃথিবীগী হৌজিকী মতমগী তোঙান তোঙানবা মশান্না অসিদা মণিপুরী কনানা মাংজিল থানা চৎপা যাওদবা নত্তে। পৃথিবীগী শান্নবোইশিংগী মরক্তা মণিপুরীশিং যাংবে। ইপা-ইপুগী লৈজবম্নিবশিং অসিবু যোখৎতুনা অফবা মাইকৈদা লমজিংবীতুনা মীবক্তা তিনবা ফৈ। পুম্নমক অসিবু লমজিংবীনবা অফবা মচাশিং লাকপা ওইসনু।

ইনাওতোন:— তাতোন, মণিপুরগী কাওখিগদৌববা মহৌশাগী ইতিহাসিক ওইবা লৈশাং হিদেনগী মরমদা থরদং তাকপিবা যাগদবা ?

তাতোন ঃ— নৈশাং-হিদেন (থাঙ্গ-পাং) লংথবাল কোম্নংগী নোংপোক্তা নৈবিবা অসি ইতিহাসকী যাম্না মরু ওইবা মফম অমনি। ইংশোক ১৮৩৪ দা মহারাজ গম্ভীর সিংহ সনা হাক্তক্তা মফম অসিদা হিযাংনচিংবা তান্নচুনা অচৌবা কুম্মৈ তৌবম্মী হাযনৈ। হাযবিবা মফম অসিদা ইম্ফাল তুবেলগী ঈশিংনা লিলা-খোং অমস্তুং নম্বুল তুবেলদা তাহল্লি হাযনৈ। মসি চীংগী অরাংথংবা শরুক্তনি। হাযবিবা মফম অসি ফজহনবনা মণিপুরগী যজবা ওইগনি খল্লি। হৌজিক্তি মফম অসি মণিপুরগী অরাংবা থাক্কী মহৈ তম্ফম অমস্তুং লোইশং ওইবে।

ইনাওতোনঃ — মতমগী যাওন কনানস্তু হিংবা ভনদে, ইং শক ১৯৮৩ দা চীংঙামচা ফুক্তোক্তুনা ইম্ফালগী অবুংপা মফম খবা তোংহনখিবগা লোযননা চীং লেবম্বা মফম অতুপা শিংজনৈ সুপব মারকেং শাবি।



অহানবগী মখা থরা

হিযাম্বা

শানৌজম শাগৈ থরা

মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী সনা হাক্তা খৃষ্টাব্দ ১৮৭২ (শকাব্দ ১৭৯৪) দা ইখিবা শঙ্গাই ফমাং হাঞ্চবা (লাইরিক্তা) ইবি :— খ্বাই তানা (খুন্দবা) শানৌজম পামজোনা পিবানি।



B. রাইমা সিংহ

পোশংবম চন্দ্র ইবেতোন

|

নিলমনি

থোকচোম চন্দ্র ইবেনি দেবী

|

| চন্দমনি | ইনাওবী | ইবোতোন | বোবো |
|---|---|---|---|

১। FOOT DRILL ফুট ড্রিলগী চাওবাকপা থরা

২। অহল-লমনগী পাওরৌ, প্রধান-পাইহে
(অহানবা শরুক)

৩। অহল-লমনগী পাওরৌ প্রধান-পাইহে
(অনিশুবা শরুক)

৪। অহল-লমনগী পাওরৌ প্রধান-পাইহে
(অহুমশুবা শরুক)

লাইব্রিক ফংফম—

১। সরস্বতী বুক হাউস,
শীংজমৈ বাজার ইম্ফাল।

২। মণিপুর সাহিত্য পরিষদ,
পাউনা বাজার ইম্ফাল।

৩। ষ্টুডেন্টস ষ্টোর,
পাউনা বাজার ইম্ফাল।